Prescribed as a Text-Book for Class V vide
Education Office (Manipur) Circular No. ED. 3, Dated 14-2-1958.

# লুচিংবশিংগী নহা ওইরিঙৈ

**[ Intended for Class V ]**

নীলবীর শাস্ত্রী

ও: কে: ষ্টোর
বুক সেলার্স এণ্ড পব্লিসার্স
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

[illegible]কার পুস্তক অইমগীনি ] [ অমল—লুপা ১৲ তনি।

## য়াহৈ খরদং

কন্নিগুম্বা জাতি অমগী অভাং ওইরিবা ছাত্রশিংনা মাগী জাতিগী লুচিংবশিংগী পুন্সিবু মুন্না খঙগদবনি। মহৌশানা অচৌবশিংনা চংথিবা লম্বীদা তূংগী মীয়েংম্না ইল্লকট। জাতিগী মহাপুরুষশিংনসু লৈবাক্কী লুচিংবশিংগী পুন্সি অমসুং লমচত্তগী মঙজবা ফিদম লৌদুনা মশা মশাগী পুন্সিবু শেমগৎকদবনি। লুচিংবশিংগী রাজনীতিগী ওইবা অৱাংবা আদর্শ অমসুং আন্দোলনগী রাক্রমশিং অসু অভাংগী বুদ্ধিনা নৈনবা ঙমদে। লাইরিক মচা অসিদা ভারতকী অফাওবা, অথন্নবা লুচিংবা খরগী অভাং ওইরিবৈগী পুন্সিগী ৱারীশিং ইরি। ৱারীশিং অসি অভাংশিংনা পাবদা য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং খঙবদা লাযবা ঙাক্কনি। লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী লোলগী অভাংগী সাহিত্যবু মপূং ফাহনবদা য়ারেং খজিক্কং ওইরবদি ঐগী নোমজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

—অইবা

# রাষ্ট্রীয় গীত

জনগণ মন অধিনায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা।
পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাট, মরাঠা, দ্রাবিড়, উৎকল, বঙ্গ,
বিন্ধ্য, হিমাচল, যমুনা, গঙ্গা, উচ্ছল, জলধি-তরঙ্গ।
তব শুভ নামে জাগে তব শুভ আশীষ মাগে
গাহে তব জয় গাথা।
জনগণ মঙ্গলদায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা!
জয় হে! জয় হে! জয় জয় জয় জয় হে!

খুদোল তম্বা—

জাতিগী অঙাংশিংগী খুত্তা,
"লুচিংবশিংগী নহা ওইরিবটঙ"
লাইরিক মচাসি হাপচরি।

নীলবীর শাস্ত্রী
১৪ নবেম্বর, ১৯৫৭ ইং
( ভারত পুম্বগী অঙাংগী নুমিৎ )

# হীরম লামায়

## লুচিংবশিংগী

# নহা ওইরিঙৈ

## মহাত্মা গান্ধী

অঙাংশা ! নখোয়না মহাত্মা গান্ধীজীগী মমিং তারে। মহাক অসি যুগ অসিগী পৃথিবাগী অফাওবা মীশিংগী মরক্তা অমনি। গান্ধীজীনা ঐখোয়গী ৈোবাক ভারতবর্ষদগী বৃটিশপু তান্থোক্লুনা ভারত মচা পুম্নমকপু মনিং মথা তংহনবিরম্মি। ভারতকী মনিং মথা তন্নবা হোৎনবদা জেলদা কয়ারক চংখি অমসুং অৱাবা কয়া নংখি। মহাত্মা মীওইবদা অহিংসা, সত্য অমসুং প্রেমগী মন্ত্র তম্বিরম্মি।

মহাত্মা গান্ধীজীগী মপূং ফাবা মিংদি -মোহনদাস করমচান্দ গান্ধী কৌই। মহাক পোরবন্দরদ পোকখি। গান্ধীজীগী মমা মপাদি য়াম্না ধর্ম্ম চেনবা মীনি। মমাদি পূজা পাঠ তৌত্রনা মতম লেল্লম্মি। নোংমগী পূজ-পাঠ তৌদনা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা থক্রমদে। নোংজু-পাঙ্থাদসু নোংমগী সুমিং মশক উদনা করিগুম্বা অমতা চারা থকপা তৌরমদে। অতিয়াদা নৈচিন্না কুপ্লা মতমদদি সুমিং মশক উদদুনা মতম শাংনা, চারা হেন্দুনা, লৈবা তারম্মি।

অসিগুম্বা ধর্ম্ম চেনবা মপা মমাগী মচা ওইবনা ভসি মহাত্মা গান্ধীজীনা ধর্ম্ম চেনবা, মীনুংশি খঙবা অমসুং মীগী ফনবা খনবা অকাওবা মী অমা ওইবা ভমখিরবনি।

গান্ধীজীনা অঙাং ওইরিবৈদা স্কুল অমদা তম্লম্মি। মহাক ঈকাইখীবা অমসুং য়াম্না চম্বা মী অমা ওইরম্মি। স্কুলদা অতোপ্পা মমাল্লবশিংগা লোইননা ফাগী ফারাং তৌবা হৈনরমদে। স্কুল ছুটি হেক থাবগা ময়ুমদা চেল্লকলম্মি। মহাক মীনম্বা বা ভাংবা হৈনরমদে। করিগুম্বা মীনম্বা বা ভাংলুরবসু মুমিৎ অদুমদি মহাক মথরাই য়াম্না নুংঙাইতনা মতম লেল্লম্মি পাল্লা ফারক্তবা অমসুং ইবা পাবা হৈত্রবা মতমদসু মমাল্লবশিংদগী হুমানবা অমদি শিনবা মহাক পাল্লমদে। মীচোন্দগী শিল্লগা অহৈবা-অখঙবা শাগদবগী শরুকপুদি পাল্লা ফাদবা; হৈতব ওইদুনা লৈবমা হেল্লা কৈ খল্লম্মি।

মোংমদি গান্ধীজীনা তম্লিবা স্কুল অদুদা ডিপুটি ইনস্পেক্টরনা স্কুল য়েংবা লাক্লম্মি। ইনস্পেক্টরনা করিগুম্বা খর হংদুনা অঙাং-শিংবু পরীক্ষা লৌবা পাল্লম্মি। ক্লাসকী অঙাং পুম্নমক পরীক্ষা তৌবা ফমখ্রে। গান্ধীজীসু মমাল্লবশিংগী মরক্তা য়াওরম্মি। অঙাং অয়াম্বা বাহংগী পাওথুম ইনখ্রে। মহাক্তি বাহৈ অমা চুম্না ইবা হৈত্রে। ওঝানা কোইচৎ চৎতুনা অঙাংশিংনা ইরিবা অদু য়েংলম্মি। মহাত্মা মাগী স্লেটতা. বাহৈ অমা লাম্না ইরিবা অদু উরে। ওঝা ইবুংঙোনা থংনবা অঙাংশিংদগী শিল্লু হায়না ঈঙ্গিৎ পীরম্মি। মহাত্মা ওঝানা হায়রিবা বা অসি থক লৌরমদে। ওঝা ইবুংঙোনা হন্না

হন্না শিন্নবা হায়রম্মী তৌইগুম্বস্তুং অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা থোইনা হেন্না য়াম্লমদে। মহাক্নবু পাম্লবদি পংনবা ছাত্রদগী শিনবা য়াম্লবনি অদুবু মহাক্না মীওডাঙ্গী হৈরানবা, শিনবা পাম্লমদে।

ইনস্পেক্টরনা চৎখ্রবা মতুংদা ওঝা ইবুংঙোনা মঙোন্দা হায়বি-রম্মি "নংস্‌ ঐনা হায়বা ইন্দুনা নমাম্লবদগী শিল্লম্লনদি অতৈ মমাম্লবগুম্না চুম্না ইবা ঙম্লমগদৌনি।" অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা খল্লম্মি হুরান্দুনা মীঙোন্দগী শিন্দুনা অখঙবা অহৈবা শাবদি থোইদোকনা



কন্তে। অসিগী মথক্তা মীনম্বা হায়বা অসি অচৌবা পাপ অম্মনি। মীঙোন্দগী হুরান্দুনা শিল্লগা পরীক্ষা পাস তৌরবদি মহুনা ভুন্দা য়াম্না অমাঙবা ওইরে।

য়েংঙউ অঙাংশা। অসিগুম্বা পৃথিবীগী কাওরবা মুপা অসিনা অঙাং ওইরিভৈদগী হৌনা কয়াদা অচুম্বা পামলকপ্রবা! নখোয়ম্ন অচৌবা ওইনিংলবদি অঙাং ওইরিভৈদগী হৌনা মীনম্বা ঙাংবা তমগনু। মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা ঙাংবা অমসুং অচুম্বদা লৈবা পাম্মু।

নোংমা অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা ড্রামা য়েংবা চৎলম্মি। শাক্স-দ্রিবা ড্রামাগী মমিংদি "শ্রবণকুমার" কৌরম্মি। ড্রামা অসি য়াম্না নুঙাইরম্মি অমসুং ভাবোক পূম্নমক্কী পুক্নিং শুক্নাৎলম্মি। ড্রামা অসিদা শ্রবণকুমারনা মমিৎ তাংলবা মপা মমাবু মরেংবান্দা কয়হন্দুনা চৎলি। মসি উরগা ভাবোকশিংগী মরক্তা মুপা মচা অমদি মমিশুগী মপী শিন্নুনা কপ্পি। মুপা মচা অসি অতৈ কনাসু নত্তে, ঐখোয়গী গান্ধীনি। মহাক্না শ্রবণকুমারগী মপা মমা নিংবা অদু উবদা মপুক্নিং শুস্নৎলম্মি। মহাক্না মতম পূম্নমক্তা শ্রবণকুমারগী য়ারী অদু নিংশিংদুনতা লৈরম্মি।

গান্ধীজীনা অঙাং ওইরিৱৈদা মরক মরক্তা ড্রামা য়েংবা চৎলম্মি। নেমসু মপাগা লোইননা "সত্য হরিশ্চন্দ্র" কৌবা ড্রামা অদু য়েংবা চৎলম্মি। অচুম্বা অমসুং মশাগী য়াশক ঙাক্নবগীদমক মহারাজ হরিশ্চন্দ্র অমসুং শব্যা মহারাণী কয়াদা য়াথিবা। শব্যা মহারাণীনা মীগী মীনাই কাওবা ওইখি। মহারাজ হরিশ্চন্দ্র মশামকসু মীঙোন্দা যোংহোক্লুনা মশাগী মমলন বিশ্বমিত্র মুনিগী দক্ষিনা তৌনখি। পূম্নমক অসি উবদা অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা থম্মোই পুবা ঙমজরমদে। মহাক্না মমিক্তা মপী তানা কপলম্মি।

অঙাং ওইরিবা গান্ধীগী থম্মোয় অসি কয়াদা থোৎখ্রবা অমসুং মহাক্না মীগী অৱাবদা কয়াদা য়াবিখ্রবা। অসিগুম্বা মীনুংশি চাউবা য়াথল অসি ঐখোয় পূম্নমক্না তম্নিংঙাইনি।

অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা লমচৎ ব্যবহারদা য়াম্না পুক্নিং চংলম্মি। মহাক্না করিগুম্বদা মীনম্বা বা ঙাংলমদে অমসুং কত্তবা অঙাংশিংগনু

তিল্লরমদে। ওঝা অমসুং মপাবু য়াম্না কীনা তৌরম্মী। মখোয়না য়াদবা থবক অমত্তা মহাক তৌরমদে। করিগুম্বা ওঝা অমম্মং মপানা শাওখিবা খোল্লবদি অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা মমিত্তা মপী তানা কপ্লম্মী। মহাক্না মপাবু য়াম্না ঈকাইখুম্নরম্মি অমসুং মহাক্না হায়রবা বা অদু ইল্লম্মি।

অঙাং ওইরিঙৈদা গান্ধীনা শান্নবদা পুক্লিং চংলমদে। অওই-বমক মহাক শান্নবা পাল্লমদে। স্কুলদা ছাত্রশিংনা শান্নবা হৌরক্লবদা মহাক্তি ময়ুমদা হোত্নুনা চেল্লকলম্মি। মহাক্না ময়ুমদা লাক্লগা মপাগী মতেং পাংলম্মি। মপাগী মতেং পাংলুনবগীদমক য়াম্না থুনা ময়ুমদা থুংবা পাল্লম্মি। মুমিৎ থরনিগী তুংদা স্কুলগী হেড মাষ্টরনা জিমনাষ্টিক তৌবা অমসুং ক্রিকেট শান্নবা অসি অঙাং খুদিংমক্কী তৌদবা য়াদবা ওইহল্লে। অঙাং ওইরিবা গান্ধীনা শান্নবা য়াওজররোই হায়না হেড মাষ্টরদা হায়জরম্মি। মাগী বা অসি হেড মাষ্টরনা য়াখিদ্রে। মহাকসু শান্নবা য়াওবা তারম্মি।

স্কুলগী লম্পাক্তা মুমিৎ খুদিংগী পুং মরি তাবা মতমদা শান্নবা হৌই। নোংমদি গান্ধীনা শান্নকমদা য়াম্না থেংনা য়োরুরে। মাগী মনাক্তা ঘড়ী অমত্তা লৈরমদে। মহাক্না শান্নবুং য়োবা মতমদা অঙাং পূম্নমক শান্নবা লোইরম্নুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। মুমিৎ অসি মহাক প্রজেন্ট হাপ্পিদ্রে। মথংগী মুমিংতা হেড মাষ্টরনা মহাকপু য়াম্না শাওরে অমসুং মহাক্না শান্নবা লাক্কবগী মরম হংলক্লে। "লাকপদি লাকচরম্মি অদুবু ঘড়ী লৈজদবনা থর খেঙদ্রে" হায়না পাওখুম পীরম্মি। মহাক্কী বা তাবদা হেড মাষ্টরনা থাজদ্রমদে।

মতাকপু ফাইন তৌবিয়ে। থৌদোক অসিদা গান্ধী মপুক্লিং য়াম্না নুংঙাইহনদে। ফাইন তৌবগীদমক্তদি মহাক থোইনা নুঙাইতবা তৌরমদে তৌইগুম্বসুং মহাক্না হন্না হন্না অচুম্বা হায়জরবদসু ওব্বানা খাজবিদবা অদু মহাক য়াম্না নুঙাইরমদে।

তুংদা অচুম্বগী লাইনিং ওইরগদবা অঙাং অমনা মাগী অচুম্বা হায়জবা অদু মীনম্বা তাহনবিরবদা করিগী থায়োইদগে?

অঙাং ওইরিঙৈদা গান্ধীনা শান্নবা অমসুং হকচাং শাজেল তৌবা পাম্নমদে। মহাক্না চাউরক্লবা, জ্ঞান তাররক্লবা মতমদদি মাগী থাখল অসি লাল্লি হায়না খনখি। লাইরিক তম্বগা হকচাং ফবগা য়াম্না ম য় লৈনৈ। ছাত্রশিংনা লাইরিক তম্বা অমসুং পাবগা লোটন-লোইননা চাং নাইনা শান্নবা অমসুং শাজেল তৌবসু য়াম্না ফৈ।

অওইবনি, হকচাংবু ফজ্রবদি পৈসা লৈবনা অমসুং লাইরিক হৈবনা করি কাম্নগদগে?

নখোয়না স্কুলদা তম্লিবা লাইরিকশিংদা য়াম্না হৈনদবা বিষয়সু য়াওই। মতৌ অসুম্না জ্যামিত্রি অমসুং সংস্কৃত বিষয় অনি অসি গান্ধীনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না হৈনরমদে। হায়ন হায়নমক জ্যামিত্রিদি খর খর কায়ম্মি। সংস্কৃততি শুকফা কাবা ঙম্নমদে স্কুল অসিদা কার্সীসু তম্নম্মি। কার্সী তম্বদা সংস্কৃততগী য়াম্না লাইনা থোক্লম্মি। মহাক্না সংস্কৃত থাদোক্তুনা ফার্সী তম্নগে খল্লক্লে।

নোংমদি গান্ধীনা সংস্কৃত থাদোকতুনা কার্সীগী ক্লাসতা য়াও-ক্লয়ে। পাও অসি সংস্কৃত ওঝাগী নাকোং য়োৎখ্রে। ওঝানা মহাকপু য়াম্না শাওরে। গান্ধীবু মনাক্তা কৌরতুনা হায়রম্মি নংদি

হিন্দুনি, অতুগীসু মথক্তা বৈষ্ণব ধর্ম্মসু চৎপনি। নংগী ধর্ম্মগী লাইরিক্তি সংস্কৃত লোন্দা ভাক্তা লৈ। নংসু মীনি, য়ামদ্রা কয়া হোৎনৌ হোৎনয়রদবু ঙমদবা লৈত্রা ?

ওঝাগী পাওতাক অসি য়াম্না কায়খ্রে। গান্ধীদি ধর্ম্মবু থাজবা মীনি। মহাক মপুক্কিং চংনা সংস্কৃত তম্বা হৌরক্লে। অরু-অরুবা সংস্কৃতকী বাহৈশিং চিনকা পুরক্লে। মমৈথংদদি মহাক সংস্কৃত হৈনবা ছাত্র অমা ওইরক্লে।

ওঝানা হায়বা ইনবা থবায় য়াওবা ছাত্রনা করি ঙমদবা লৈবগে ?

গান্ধীনা স্কুলগী ছাত্র অমা ওইরিঙৈদা মমান্নবা ছাত্রশিংগা তিন্নরমদে। মহাক্না মতম পূন্নমক্তা মমান্নবা ময়ামদগী লাপ্না লৈনবা হোৎনরম্মি। ফাগী-ফারাং তৌবা হৈনরমদে। মরু ওইনা মীনম্বা ভাংবা, চুৎপ-বীড়ী থকপা মমান্নবশিংদগী লাপ্না লৈরম্মি।

স্কুলগী ছাত্র অমা ওইরগা মমান্নবশিংগা তিন্নদবা হায়বা অসি য়াম্না ওইগোক্কবনি। ময়ামগী মরক্তগী ছাত্র অমগা মহাকী চান্নবা মরুপ ওইরক্লে, মথোয় অনি অসি য়াম্না লুনা তিন্নরম্মি। মহাকী মরুপ অসিদি বীড়ী য়াম্না থক্লম্মি অমসুং শাগু চারম্মি। তিন্নরুবা সমদগী মীওইবনা ফনৈ অমসুং মাঙনৈ। অভাং ওইরিবা গান্ধীসু মাগী মরুপকী মতৌ তম্বা হৌরক্লে। বীড়ী থকপা হৈনরক্লে অমসুং শাসু চারক্লে। মাগী লমচৎ অসি মপা মমাবা খঙলগা করি হায়-গদগে খনবদা মহাক য়াম্না বারম্মি। মপা মমাদি শা-ভা চাবা মীতা নত্তে।

গান্ধীনা তিন্নরিবা মরুপ অসিনা মহাকপু বীড়ী থকপা অমম্বং শা চাবগী মাইকৈদা অসুম অসুম চিংশিল্লি। মখোয়গী মখুত্তা বীড়ী অমম্বং শা লৈনবা পৈসা লৈরমদে। মাগী মকপা মমমদগী পৈসা হুমানবা হৌরক্লে। মরুপ অসিনা গান্ধীবুসু হুয়ানবা তম্বীবা হৌরক্লে। মহাকসু মখদা অহল-লম্মনগী ফুরিংথাওদগী পৈসা হুমানবা হৌরক্লে। অমাং ওইরিবা গান্ধীনা মানা তৌরিবা অয়ানবা থবক অসিগীদমক য়াম্না নিংঙম্রমদে। মপুক্লিংদা অৱাবা পোক্লম্মি।

অসিগুম্বা ফত্তবা থবক অসিদগী মাগী মরুপনা মীগী লুপা কুম্মভাগী শোন্দাল শোনশিল্লে। হৌজিক্কি শেন্দোল অসি শিংনবা য়াথন্দা য়াবা হৌরক্লে। গান্ধী মাগী মরুপকীদমক য়ারম্মী। মখোয় অনিনা শেন্দোল শিংনবগী য়াথল তৌনবা হৌরক্লে। গান্ধীগী অপিকপা মমাও অমা লৈরম্মি। মাগী পাম্বোমদা সনাগী খুজী অমা শিরম্মি। মরুপ অদুনা খুজী অদুদগী মচেৎ অমা কক্কলসি অমম্বং মীগী শেন্দোল শিংনরসি হায়রম্মি। মরুপকী অৱাবা অসি কোকহন-নবগীমক গান্ধীনা সনা মচেৎ অমা লোম্না কক্লে। সনা মচেৎ অদু য়োন্দুনা মীগী শেন্দোল শিংনরে।

মীগী শেন্দোল শিংদোক্কুনা মরুপকী অৱাথদি কোকহনখ্রে। হৌজিক গান্ধীগী অৱাবদি অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। মহাক্না তৌকরিবা অয়ানবা লমচৎ অসিগীদমক্তা য়াম্না য়ারম্মি। মতম অসিদা গান্ধীগী মপাবুত্তসু নাহুনা লৈরম্মি। মাগী অয়ানবা শাকৎ অসি খঙলগা মপাগী থম্মোয়দা কয়াদা অৱাবা পোকখ্রগে খল্লুবা মহাক তপথবা ওম্লমদে।

মমৈথংদা অয়ানবা অসি মপাদা হায়দোক্লগে অমস্তুং মাগী ময়াল ঙাকপীয়ু হায়জয়গে হায়না চপ য়ুংনা লেপখ্রে। গান্ধীনা মপাগী মনাক্তা চংখ্রে। মহাক্কী ময়াল অদু মচিম্না হায়দোক্কপা ঙম্লমদে। চে মচেং অমদা হুয়াল্লুবগী য়া অদুগ লোয়ননা মাগী ময়াল ঙাকপীয়ু হায়না ইরে, চে অদু নাদুনা হিপতুনা লৈরিবা মপাগী মখুত্তা পীকরে। মাগী অঙবা চে অসি পারগা মপাগী মমিত্তগী পি মতুম মতুম তারক্লখি। মপাগী মতৌ অসি উবদা গান্ধীগী থম্মোয পুনা ঙম্লমদে

য়েংউ, ঃংদা পৃথিবী শিনবথুংনা মমিং চংলগদৌরিবা মুপা অসি অঙাং ওইরিঙৈদা অচুম্ববু কয়াদা মুংশিবা; কয়িগুম্বা অয়ানবা তৌকয়বদি মতুবু লোৎলমদে অসিগুম্বা অয়ানবা অমা তৌরুরে হায়দোকই। অংল্লম্মন্দা ময়াল ঙাকপীয়ু হায়জয়ম্মি।

---

# পণ্ডিত মোতীলাল নেহরু

পণ্ডিত মোতীলাল নেহরু ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী লুচিংবশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক ঐখোয়গী নুংশিরবা, লৈবাক্কী মপা শরুবা জবাহরলাল নেহরুবু পোকপনি। মোতীলালগী অহানবা পুন্সিদি য়াম্না কে-মোনা অমসুং অচোবা নিংথোরেলশিংগী মতৌগুম্না লেল্লমই। পুন্সিগী মমৈদা লৈবাক্কী সেন্দা পুক্লুং-হকচাং লল-থুম, পূম্নমক কথোক্লুনা লম্বোংবা অমগী মতৌগুম্না পুন্স লেংখি। মহাক ঙসি তাহবংপান অসিদা লেত্রে অদুবু মহাক্না তৌরম্বা অফবা থবক-শিংগীদমক মা পূম্নমক্না নিংশিংনভাং ওইরি।

পণ্ডিত মোতীলালগী মপাগী মমিং গঙ্গাধর কৌরমই। মখোয় মচিন-মনাও অহুম পোক্লম্মি। মখোয়গী মমিংদি বংশীধর, নন্দলাল অমসুং মোতীলাল কৌরম্মি। মোতীলাল মখোয় অহুমগী মরক্তগী খ্বাইদগী হতোন তোনবা মনাওনি। মপা শিবা মতুং থা অনি অহুম লৈরগা মোতীলাল পোকখি।

মোতীলাল অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না হৈ-শিংলম্মী। মঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী অকিবা লৈরমদে। মাগী হৈ-শিংবা অসিনা মী পূম্নমক্না য়াম্না লুনা তৌরম্মি। মাগী মবুক-মপাও ফবা, চলাক লৈবা অসি উনদা মী খুদিংমক্না হয়াওরম্মি অমসুং মহাক অসি খ্বাই পূম্নমক্কী পোথাফম অমসুং শান্নপোং ওইরম্মি। মহৌশানা মবুক মপাও ফবা হৈ-শিংবা অঙাংবু খ্বাই পূম্নমক্না নুংশিনা তৌনৈ।

অভাং ওইরিঙদা মোতীলাল উর্দূ, ফার্সী অমসুং আরবী তমখি। মতুংদা ইংরেজী তমখি। মহাক লাইরিক-লাইশু তম্বদা য়াম্না বুদ্ধি লৌশিং চংখোল্লম্মি। মহাক্না লাইরিক ভাইহাক্তমক পাররম্মি। মতম খ্বজক্তং পাবদা য়াম্না ফাবা ঙম্লম্মী। মানা পারুবা খুদিংমক পুক্নিংদা য়েকশিনবগুম হেক্তা চুশিনখি। মাগী অসিগুম্বা বুদ্ধি ফবা অসিগী মপান্না চহী তরানিথোই শুরকপা মতমদা ফার্সী লোল য়াম্না নিংথিনা হৈবা মা অমা ওইবা ঙমখি।

মোতীলাল ছাত্র অমা ওইনা লাইরিক পাতুনা ভাক্তা লৈরমদে। কলেজদা তম্বা মতমদসু য়াম্না ভাওশিন্নরম্মি। ওঝাশিংনা য়েংথোক-লকপা মতমদা মহাক্ত করিগুম্বা ভাওশিন্নবা থবক অমা নত্রগা অমদি তৌহনা লৈরম্মি। করিগুম্বদ চে মতুম তাশিল্লগা মমান্নব-শিংদা থারম্মি। করিগুম্বদা অচাপোৎ হুনগৎহনা মমান্নবশিংদা উৎলম্মী। মানা হায়রমই—"মুপামচাদি খর ভাওবা কৈ, মপুক তপমল্লবসু পঙশিল্লকই।"

কলেজগী ওঝাশিংনা মহাকপু য়াম্না মুন্না খঙলম্মি। মহাক্তি কলেজগী ভাওশিন্নবা ছাত্রশিংগী লুচিংবন। মরম অসিনা অতোপ্পা অমনা করিগুম্বা ফত্তবা অমা তৌরম্লবসু ওঝাশিংনা মোতীলালনা তৌবনি হায়না মভোন্দা মরাল পীরম্মী। থবক খুদিংদা মহাক্না লুচিংলম্মি। মহাক্তি অকিবা লৈরমদে অমসুং য়াম্নসু হৈ-শিংলম্মি। মহাক্না ভাওশিন্নবা লমহেনবা থবক অমা তৌবা মতমদা য়াম্না হৈ শিংনা তৌরম্মি। মরম অসিনা ওঝাশিংনা মরক মরক্তা ঈকাইবা নংলম্মি।

বোরোই পানবা মতমনি। নোংমা মোতীলালনা বোরোই থর হেক্তুনা কলেজদা পুরক্লে। মানা মমান্নবা ছাত্রশিংদা বোরোই য়েন্দুনা হায়রম্মি—"ওঝা হেক চঙলকপগা চপমান্নবা মযাম বোরোই চাবা হৌগদবনি।" ৱাকম অসি ময়াম পূম্নমক য়ানরে। থবক অসি ওঝাবু শাওহন্নবগীদমক য়াম্না ফবা থৌরাং অমনি থন্নরে। লমহেনবা ছাত্রশিংদি হরাওবনা জগোই শারে। মরক অসিদা মোতীলালনা ৱাখল অমা তৌরে। ওঝাগা কা মনুংদা চঙলকপা মতমদা ছাত্র পূম্নমক চপমান্নবা বোরোই চাবা হৌরক্লে। মোতী-লালদি ফুরিৎখাওদগী বোরোই লৌথোক্লগা ফুরিৎখাওদা অদুম হাপচিনখ্রে।

ছাত্রশিংগী থবক অসি উবদা ওঝানা যাম্না শাওরে অমসুং মপুক্লিংদা থল্লে, থবক অসি মোতীলালগী থৌরাং শোযদনা ওইরমগনি। ওঝানা মোতীলালগী মনাক্তা লাকতুনা লেপ্লরে অমসুং শাওনা হায়রকই—"নয়া কাখৎলু।"

মোতীলালনা ময়া কাথোক্লকপদি বোরোই লৈরমদ্রে, মতু উরবদা ওঝা অদু ঈকাইবা পোকখ্রে। অশোমদাদ মোমোন নোক্ল-তুনা মোতীলালনা হরাওরি। অওইবমক পণ্ডিত মোতীলাল নেহরু য়াম্না ভাওশিন্নবা অমসুং শিংবা নৌ ওহরম্মি।

পণ্ডিত মোতীলালনা অয়াম্বা মতমদা কলেজদা তম্মিন্নবা ছাত্রশিংবু অঙাওবা শেম্নমই। মগন্নতা লৈবা অমসুং মীগা তিন্নদবা ছাত্রশিংবু মোতীলালনা লক্লবা অমসুং অঙাওবা শেম্না পাম্লম্মি। মহাক্না কলেজদা তমবা মতম অসিদা সার সুন্দরলালসু মাগা

লোয়মনা তমলকই। মতম অসিদা মুনশীজী কৌবা ছাত্র অমসু তম্নমই। মহাক অসি সুন্দরলালগী মরুপ্নি।

মুনশীজী অসি য়াম্না লিকপা মীতানি। করিগুম্বা অচা অথক লৈদুনা চাদে অমসুং অতোপ্পবুসু লৈদুনা পীজদে। বাখী বাতাই শাদুনা মমান্নবশিংগা ফাগী ফরাং তৌনবা অমসুং কোঈ-মিন্নবা মহাক পাম্নমদে। মুনশীজীনা ময়ুমদা চংতবা চহি অহুম শুরে। মানা ময়ুম চত্তবা অসি লৈতদুনা নত্তে তৌইগুম্বসুং



শেল তিংগনি হায়বগী কীবননি। থা খুদিংগী ময়ুমদগী লুপা থারকই। মহাক্না লুপাশিং অদু য়াম্না লিক্না শীজিন্নদুনা খর খর ভুংশিল্লম্মি।

পণ্ডিত মোতালালনা মুনশীজীগী অসিগুম্বা শাজৎ অসি য়াম্না পামলমদে। অওইবমকসু মোতীলালদি মমান্নবা ছাত্রশিংগা মুম্ভাইমিন্নদুনতা লৈবা মীনি। মুনশীজীবু অঙাওবা শেমনবা

য়াখল তৌরে। মীবু লকননা হাযবসি মহাক্কীদি পামস্থু পাঙ্গ জম্ববা থবক্নি। মানা মমাম্নবা ময়ামগা থন্নবে মথোয়না মপাগী খাইকৈদগী ওইনা চিঠি অমা শিল্লে। চিঠি অসিদা মুনশীজীগী মমা মচানুপা অমা পে'ক্লে হাযনা ইরে। করিগুম্বা পাম্বে অমনা চিঠি অসি মুনশীজীগী ময়ুমগী ডাকঘরদা থাদরুরে।

মুমিং তুমমি মরিনি লৈরগা ছাত্র ময়াম মুনশীজীগী মনাক্তা লাক্লে। ময়াম অসিগী মরক্তা সুন্দরলাল অমসুং মোতীলাল অনিস্থু য়াওরম্মী। ময়ামগী মরক্তগী অমনা হংলম্মি "ওসিদি মুনশীজী য়াম্না হরাওনা উই। অমনা হায়রকই -"য়ুমদগী মুঙাইবা পাও লাক্লমলগনি।" অমনা অমুক হায়রকই "অদুদি মুনশীজীনা ময়াম্থু পীজ পীথক তৌগনিদনা ?"

মুনশীজী অদু লাইহাক্তি তুমিন লৈরে। মমৈথংদা পোস্টকার্ড অমা পুথোক্লক্লে অমসুং থোনাগা লোয়নননা ময়ামদা উহল্লে। ময়ামগী মরক্তগী অমনা চিঠি পারগা হায়রম্মী — "ওসিদি মুনশীজীনা ঐখোয়বু পীজ-পীথক তৌবা তারে, মরমদি মাগী মনাও মুপা অমা ফংলে। মতৌ অসুম্না মুনশীজী লাংদা থুরে চাথোক্লবা মতুংদা ময়াম অদু তুমিন্না লৈবা ওল্লকত্রে। মহৈ মহৈ হোনা লোক্লক্লে। ময়ামনা মোক্লিবা করিগীনো হায়না মুনশীজীনা খঙলমদে মরম অসিনা মহাক ইঙক ওক্লা য়েংতুনা লৈরম্মী। মমৈথংদা অওইবা বা হায়র দোক্লক্লবদা মুনশীজী য়ামনা ঈকাইখ্রে।

পণ্ডিত মোতীলাল নেহরু য়ামনা মরিংজেল-মথৌনা লৈবা মীনি। মহাক করিগুম্বদস্থু অকি-অখঙ লৈরদে। মাগী· [illegible]

লোকপা অধিকারগীদমক লাম্লেংনবদা মহাক নিংহন্নবা লৈরমদে ; অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী পুন্সিগী অরোইবা মতম ফাওবদা মীরৈবাকীদমক লাম্লেংনহনা লেনখি। কংগ্রেসতা য়াওবা মতমদসু মন্নিংজেল মথৌনা লৈবগীদমক য়াম্না ফাওরম্মি। ভারতকী নিংতম্বা লানকমদা মাগী অকিবা লৈতবা উবদা সাহেবশিংনা য়াম্না ঙক্লম্মি। মোতীলালগী অসিগুম্বা গুণ অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লোয়নরক্লবনি।

মতম খুদু বড়দিন ছুটি ওংরম্মি। হায়রিবা মতম অসিদা এলাহাবাদতা সাহেবশিংনা বড়দিনগী হরাও কুম্মৈ য়াম্না তৌরম্মি। মথল মথা অয়াম্বা কুম্মৈ অমসুং জগোইনচিংবসু তৌরম্মি। করিগুম্বদা জ্বারসু শান্নরম্মি। মফম অমদা অশাংবা মেজ অমদা অপিক-অপিকপা কাংলোং পাননা শগোলাশিং লমজেন তান্নরম্মি। শগোল লমজেল থোইবা মী অহুনা পেসাগী যাম্ন ফংলম্মি।

কুম্মৈ য়েংবা মীশিং য়াম্না য়াম্লম্মি। নহে-মহে অমগা অমগা ঈন্নরম্মি নহা, অহল, অঙাং পুম্নমক কুম্মৈ য়েংবা লাক্লম্মী। শগোল লমজেল তান্নবগী কুম্মৈ অসি মোতীলাল নেহরুনা য়াম্না পামজরম্মি। মহাকসু শগোল লমজেল য়েংবগীদনক মেজ মনাক্তা চংশিল্লম্মি। মী য়াম্না তিনমনাখবনা মহাক উবা ফংলমদে। মরম অসিনা মানা চোংখৎ চোখৎলহনা কুম্মৈ য়েংনবা হোৎনরম্মী। তুংদা লেপ্পা সাহেব মচা পাখঙ অমনা মোতীলালনা চোংখৎ চোংখৎতুনা কুম্মৈ য়েংবা অদু ভরগা য়াম্না নুংশিরমদে। সাহেব মচা অসি মোতীলালদগী য়াম্না হেন্না রাং চাউরম্মি। মানা মোতীলালবু

শাকন অমদা ইম্খোক্লগা মাণ্ডদা চণ্ডশিনখ্রে। মোতীলাল নেহরু মতম অসিদদি তুমিন্না লৈথোক্লে। মহাক্না সাহেব মচা অসিবু লম্মন শিংনবা তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরম্মি। মতম অসিদা ভারত্তা সাহেবশিংনা পাল্লি। ভারত মচাশিংনা সাহেব মচাদা লমনশিংনবা হোৎনবা অরাঙীবা থনক নত্তে। মোতীলালদি অকি-অখঙ লৈবা মী নত্তে। মহাক্কি মরিংজেল য়াম্না লৈবা মীনি। ভাইহাক লৈরবা তুংদা তাঞ্জা অমা ফংলে। সাহেব মচা অদুনা কুম্মৈ য়েংলিবা অদুগী তুংদা ষ্টুল মচা অমা হাংনা লৈবা উরে। মোতীলালনা ষ্টুল মথক্তা কাখৎতুনা লেপখ্রে।

হৌজিক্কি সাহেব মচা আসগা মোতীলালগা ৰাংবা মাম্নরে। ভাইহাক্কি অকোয়বদা কুরুপ কুরুপ য়েংদুনা লৈরে। মমৈথংদা তাঞ্জা ফংলদুনা সাহেব মচা অদুগী মনা অদু মোতীলালনা ময়ানা য়াম্না কন্না চিকউরে। সাহেব মচা অসনা য়াম্না কন্না লাওরক্লে। ময়াম পুম্নমক হোৎচিল্লকভুনা য়েংনরে। ময়ামনা মহাকপু খামদুনা চিংথোক্লে। মী উশিংত্রবা সাহেব মচাগী মনা অদু ঈনা পুমভাং ভাংখে। মণ্ডক হাইগৎলবা সাহেব মচা অদু অৰাবা কংখ্রে। মখোয়না অতৈ ভারত মচাশিংদা য়াম্না থিনা তৌবগুম্না য়াগদবোই খল্লম্মি। মহাক্না মোতীলালগুম্বা মরিংজেল লৈবা মী লৈ হায়বা অসি খঙলমদে।

মথক্কী অসিগুম্বা থোদোক অমসু লৈরি। নোংমা মুপামচা থর কোম্পানী বাগতা কোয়রম্মী। কোম্পানী বাগ অসি এলহাবদত্তা খুফাওবা সরকারগী লৈকোল অমনি। মসিদা য়েংবদা ফজরবা

ভিক্টোরিযাগী মূর্তি অমসু লৈ। লৈকোল অসিদা সাহেব মচাশিংসু কোয়বা লাক্লম্মী। সাহেব মচাশিংনা ভারত মচাশিংবু য়াম্না থীনা তৌবির্রম্মি অমসুং অঙাওবা শেমলম্মি। মখোযন লম্বা চৎপা মতমদা ভারত মচাশিংগী মখোঙদা খোঙুপন নেৎশিল্লম্মি অমসুং তুংদা ঙাকপিয়ু হায়শিন্নরম্মি। অসুম তৌনা সাহেব মচাশিংনা নোকতুনা লৈহৌই।

মা অসি মোতীলাল নেহরূনসু তারে। মাসু মাগী মমাগবা কাঙলুপ অমা পুহুনা চৎলমি। সাহেব মচাশিংনা মোতীলালবু অতৈগুম্বা পাঙদনা নত্তে হাযবা খঙলমদে মরম অসিনা মখোযনা মাগী কাঙবুদা করেম্নবা হৌরকম্মি। মোতিলালনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈশিন্নরম্মি। সাহেব মচাশিং চৎথৎখ্রে, তুং থংবা অমদা মোতী-লালনা খোংপাক্লা অনি অহুম্নক কাওশিল্লম্মি, অদুগা মমৈথংদা শোকখ্রে ঙাকপীযু হাযশিন্নরম্মি।

সাহেব মচাশিং অদু যৈনবগীদমক শেম শাখ্রে। মোতীলালসু মাগী কাঙলুপকা লোযননা শেম শাহুনা লৈখ্রে। মমৈথংদা সাহেব মচাশিং অদু কিরদুনা চেনখ্রে। যেংউ অঙাংশা। অসিগুম্বা থৌনা করবা মুপামচা অসি ঐখোযগী লেবাক্কী লুচিংবা মোতীলাল নেহরূনি। মানা অহল ওইরবা মতমদসু মরৈবাকা মনিং মথা তম্নবগীদমক হোৎনবদা নোংমৈগী মমাংদা অমসুং সঙ্গিনগী চিদোন্দা থবাক লোংনা যাখি

মুমিদাং থাইরম মতমনি। এলাহাবাদ সহরগী লম্বীদা ছাত্র ওইরিবা মোতীলালনা শগোল গাড়ী অমা খোরকম্মি। গাড়ী

চিংলিবা শগোল অসি যাম্না য়াংনা চেল্লম্মি। মতম অসিদা সাহেব অমসু শোয়োক্তা শগোল গাড়ী থৌদুনা চৎলম্মি। মোতীলালনা মাসী গাড়ী অদু কন্না থৌগৎতুনা সাহেবতগী হেনগৎতুনা চৎখ্রে। সাহেব অদুনা মোতীলালদা হঙৎনা যেংলম্মি। মানা খল্লম্মি তাৎত মচা অদুগা অমনা মাবু ভুশিন্দুনা গাড়ী হেনগৎতুনা চৎখ্রে। সাহেব অসি এলাহাবাদকী কলেক্টরনি। মতম অসিদা কলেক্টরগী মী পূম্নমক্কা কীনরম্মি। অচো অশাং অমসুং মহারাজমক্কসু মকোক লোন্নরাম্ম। কলেক্টর সাহেব শাওবনা মৈ হৌখে।

সাহেবনা ময়ুমদা হল্লকলগা শগোল গাড়ী থৌদুনা চৎখিবা অঙাং অদু থিহনখ্রে। অচো-অশাং ইমুংদা পোকপা অঙাং ওইবনা মনক থওবা য়ারমদে। কলেক্টর সাহেবনা মোতীলালগী মথক্তা সুক্নদনা তৌরক্লে। মঙোন্দা লমজাওদা গাড়ী কন্না থৌবগী মরাল পীরম্মি।

মথংগী নুমিত্তা সমন থাররক্লম্মি। ইমুং মনুংগী মী পূম্নমক য়াম্না মীপাইনরমম্মি। মোতীলাল নেহকদি করিমতসু থৌপারমক্তে মী পূম্নমক্কা খল্লম্মি লুপা লিশিং কযামুক জরিমানা তৌগনি। মমৈথংদা করিসু তৌবা ঙমদনা তোকখ্রে। অওইবমক অচুম্বনু কনানা মাযথীবা পীবা ঙমগনি। অচুম্বদি মতম পূম্নমক্তা অমসু ওইদুনা-ডা লৈগদবনি।

— —

# গোপাল কৃষ্ণ গোখলে

নোংমা স্কুলগী ওঝা অমনা মাগী ছাত্রশিংদা য়াম্না অন্না শীরম্মি। য়াহং অসি য়ুমদা তৌরক্কবগীদমক্নি। পীরিবা য়াহং অসি য়াম্না লুরম্মি। অঙাংশিংনা ময়ুমদা যাম্না কম্না হোৎনরম্মি। অঙ্যাং অম্নাম্বা পাওথুম পীবা ঙম্লমদে। কনাগুম্বনা পাউথুম পীবা য়াওরবস্থু চুমলমদে।



মথংগী সুমিত্তা অঙাং পূম্নমক মতম চানা স্কুল কাদরক্লে। ওঝাগী য়াথং মতুংইন্না অঙাং পূম্নমক্না মাগী মাগী বহী অদু ওজাদা পোকহল্লে। মঙাং কয়ামরুমগী বহীদি পুমহাং হাংনা পুরকলম্মি।

ময়াম অসিগী মরক্তা কঙাং অমতংগী পাওখুমদি চুম্লম্মি। ওঝানা অচুম্বা পাওখুম উরবদা য়াম্না হরাউরম্মি। অঙাং অসিবু থাগৎপা হৌরক্লে। হরাউরদুনা ওঝানা অঙাং অসিবু খ্বাইদগী মমাংদা ফম্লনবা হায়রম্মি।

ওঝাগী থাগৎপা ৱাহৈ তায়রগা অঙাং অসি মথৱাই য়ামনা ৱারে। ওঝা ইবুঙো না অদুক্কী মতীক থাগৎলিবা মখৈ মাগী মাইথোং অস্থম অস্থম মক'শল্লক্লম্মি। মমৈথংদদি মুপা মচা অসি খোঙ্গেল পোক্লা কপ্পা হৌবক্লে। মগাক্লা কপ্পা উরগা তম্মিন্নরিবা ছ ত্রশিং অমস্থং ওঝানা যাম্না ঙক্লম্মি। ওঝা ইবুঙোনা মহাক্লা কপ্পগী মরম হংলক্লবদা মুপা মচা অসিনা খুমলক্লম্মি ' ওঝা ইবুঙো ঐবু থাগৎপীগনু ৱাহং অসিগী পাওখুম ঐ ইশামক্লা তৌরকপা নত্তে। কনাগুম্বা মকুপ অমগী মতেংনা তৌরকপনি, মরম অসিনা ঐহাক থাগৎপা মতীক চাবা ছাত্র অমা নত্তে।”

মুপা মচা অসিগী অচুম্বা ৱা ঙাংবা অসি উরগা ওঝা ইবু-ঙোনা যাম্না চৎ'ওরে। অমুকস্থ হেন্না অঙাং অসিবু মুংশিরে। মাগী মনঙ্গলদা পোপ পোপ ফুরদুনা ওঝানা হায়রম্মি “তুংদা নং শোয়দনা লৈবাক্কি লুচিংবা মী অমা ওইরগনি।”

অওইবমক্কি, লমচৎ ফজবা অচুম্বা ঙাংবা ছাত্রবু ওঝানা য়াম্না মুংশি।

অঙাংশা। মথক্তা হায়গ্রিবা মুপা মচা অসি কনানো খঙব্রা? মতাক অসি লৈবাক্কী সেবাদা থৱাই কৎখ্রবা, ভারতকী লুচিংবা গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনি লৈবাক্কী সেবা তৌবদা অৱাবা কয়া

খাংখি। ঐখোয়গী লৈবাক ভারতবর্ষগী মনিং মথা তম্নবা হোৎনবদা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোকখ্রবা মুপানি। মহাক্কী মমিং ওুসি মী পূম্নমক্না নিংশিংনরি।

বোম্বেগী রত্নাগিরি কৌবা জিলাদা অপীকপা খুল অমা লৈ। খুল অসিগী মমিং কঙ্গাল কৌই। হায়রিবা খুল অসিদা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মি। ব্রাহ্মণ অসিগী মমিং কৃষ্ণরাও কৌরম্মী। কৃষ্ণরাও য়াম্না লাইরবা ব্রাহ্মণ অমনি। মহাক্না মাগী পুন্সি য়াম্না বানা লেল্লম্মি লাইরজরবসু কৃষ্ণরাও য়াম্না লমচৎ-ব্যবহার ফজবা মীনি। মাগী মরমচৎ ফজবা অসিনা মী পূম্নমক্না মাবু ঈকাই খুম্নরম্মি। মতম খর লৈরগা মাগী মচা মুপা অমা পোকখি। মচা অসিগী মমিং গোপালরাও কৌরম্মি। গোপালরাও হাযবা অসি ঐখোয়গী ভারতকী মণি, গোপাল কৃষ্ণ গোখলেগী অঙাং ওইরিঙৈগী মিংনি। গোপালরাওনা নোংমা মমান্নবা মযামগা লোযননা কবড্ডী শান্নরম্মি, কবড্ডী শান্নবা মতমদা মীচং কাংলুপ অনি থোক্না খায়দোকই। মীচং অমদা গোপালরাওনা লুচিংলম্মি। মহাক শান্নবদা য়াম্না থবাই য়াওরম্মী। অয়াম্বা মতমদা মহাক য়াওবা মাইকৈনা পাঙ্গল থোইরম্মি।

কবড্ডী শান্নবা মতমদা মুংশাশ্বর থিংলগা অতোপ্পা কাংবুগী মীচংগী মীবু শোকউরগা মশাগী মায়কৈদা চেল্লকপা তাই। অতোপ্পা কাংলুপকী মীনসু মাবু ফানবা হোৎনৈ। মুমিৎ অসিগী শান্নবদা কাঙলুপ অমগী মীনা গোপালরাওগী কাংলুপকী মী কয়ামক্তম শোক্লম্লগা চেনবা হৌরক্লে। গোপালনা হোৎচিনখিড়ুনা মুপা অহুগী

মখোং অনি অদু কল্লা ফাদুনা থমখ্রে। সুপামচা অদুনা নাম্বোক্লবা কল্লা হোৎনরম্মি। গোপালনা মহাকপু অমুক হল্লা থাদোকপা লৈখিদ্রে।

মমৈথংদা গত্তি লৈত্রদুনা সুপামচা অদুনা হায়রম্মি "ইবুঙো" গোপালবু থাদোক্লো নং খঙদ্রা ঐ নংগী নযাম্বনি।" থাজৈশেংবদা সুপামচা অসি গোপালগী ময়াম্বনি। মযাম্ববু থাদোকপ্রবদি মাগী মীচংনা মাইথিপ্লোবা ভারি। গোপালনা পাওথুম পীরম্মি - "ঃয়াম্বা ওইরবসু নংবু থাদোকপা ঙম্মোই। নংবু থাদোক্লগা ঐগী মীচংনা পাঙ্গল পোবগী ঈকাইবা নংবা অদু ঐ পামদে।

গোপালনা থাদোকপা লৈত্রবদা মচিল মনাও য়াম্না কুইনা নপ্পদুনা লৈরে। মমৈথংদা সুপামচা ময়াম চংলক্কুনা মখোয় অনিমু খামদোক্লরে। য়েংউ সুপামচা অসি ঐখোয়গী লৈবাকী ফাওরবা গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনি। অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা কয়াদা মরিং-জেল মখোনা লৈবা, মাগী তৌগদবা মথৌ পাংথোকপদা ঐগী মীগী খাইদে; মীচং সঙ্গল নাইদে। মাগী তৌগদবা মথৌ পাংথোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা কযাগা মায়োক্লে।

গোপাল কৃষ্ণ গোখলে য়াম্না চম্বা মীনি। অচম্বা ফিজেৎ শেৎলি অমসুং অচম্বা পুন্সি লেল্লি। মত্তিক মগুণ লৈবা মী ওইদু-নাদু মহাক করিগুম্বদা চাওথোক্লমদে। মহাক লাইরবা ইমুং অমদা শোকপনি। লাইরবশিংমু মানা যাম্না সুংশিনা তৌই। মানা ছাত্র ওইরিবৈদা ঈনাক খুনবা মমান্নবা কয়া তম্বিন্নরম্মি। মখোয়না অহাওবা চাবা অমসুং অফবা শেৎপা উরগা মহাক কল্লাম্মা

মিহৌরমদে। মমা মপানা পীজবা অমসুং শেংহুন-ইলহজবা অদুনা মহাক পেনবা ওরম্মি।

অঙাং ওইরিঙৈদসু মশাগী মগুণ ভাক্লা চৎলম্মি। লাইরবা মচা ওইদুনসু মশাগী ইজ্জৎ থক মাঙহল্লমদে। গোখলেনা অঙাং ওইরিঙৈগী বানি। নোংমা মখোযগী থুল অদুদা ড্রামা পার্টি অমা লাক্লম্মি, মখোয়না ড্রামা উৎলম্মি। মমান্নবা পূম্নমক ড্রামা য়েংবা চৎলম্মি তৌইগুম্বসু মহাক্তি থক চৎলম'দ। অওইবমক্তি গোপাল কৃষ্ণ গোখলেগী মথুও৷ পৈসা লৈরমদে।

গোখলেগী মরুপ অমনা মহাকপু ড্রামা য়েংলুসি হৌরম্মি। মহাক্কী টিকেট লৈনবা পৈসাসু পুথোকপীগনি হায়রম্মি। মহাকসু মরুপ অদুগা লোয়ননা ড্রামা যেংবা চৎলম্মি। মরুপনা মহাক্কীদমক অনা পীবা টিকেট অমা লৌবিরম্মি। মথংগী সুমিত্তা মরুপ অদুনা মাগী অনা পীরো হায়না হায়ররে।

করিগুম্বা পৈসা শিংউ হায়রক্কনি খণ্ডলম্নবদি মহাক ড্রামা য়েংবা চৎলমলোইদবনি। মহাক্কি জ্ঞান তাবা অঙাংনি। মহাক্না মপা মমাগী লাইরবা ফিবম অদু য়াম্না মুন্না খণ্ডলম্মি।

গোপাল কৃষ্ণ গোখলেদি মশাগী ঈজ্জৎ ভাক্লা চৎপা মীনি। মরুপ মপাংগী থৌজালসু পাম্লমদে। মাগী মকপ্না পৈশা থৌরক-লবদা খুদক অদুমক্তদা পৈশা পীথোকখিরম্মি। থা অমগী শিজিন্নবা লুপা খর মথুক্তা থনম্মি। লুপা অদু চাং য়াম্না কক্না লৈরম্মি। লাইরবা মপা মমাদগী পৈসা লৌথোকপসু পামলমদে। মতম অসি মহাক ছাত্র অমা ওইরম্মি। হৌজিক অনা অমা খরচ তৌখিবাদু

অতু মেনখৎনবা পাম্বৈ থিবা হৌরক্লে। লান্টেন থানবা লেপখ্রে। মুমিদাং শোয়োক্তা থানবা থাওমৈগী মঙালদা লাইরিক পাবা হৌরক্লে।

অঙাং ওইরিবা গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনা লাইরিক তম্বদা থরাই য়াম্না যাওরম্মি। মহাক বুদ্ধি য়াম্না ফবা ছাত্রনি। মানা ভঙ্লিবা লাইরিক পূম্নমক চিনফা পুথোক্লম্মি। মাগী বুদ্ধি-লৌশিং চংখোনবা অসি উবদা ওঝা ইবুংঙোনসু মাবু য়াম্না থাগৎলম্মি।

গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনা পুণাদা ছাত্র ওইনা লৈরিবৈ মতমগী বানি। নোংমা মাগী য়ুমলোম্নবা মী অমগা লাইরিক লাইশু তম্বগী মরিদা বারী শানরম্মি। মতম অদুদা য়ুমলোম্নবা মুপা অদুনা গোপালদা হায়রম্মি "নং লাইরিক যাম্না ফৈ হাবনা ঐনা তাই। করিগুম্বা ঐনা পীবা লা রিক অমগী লামাই অমনম্ মুমিৎ খুদিংগী চিনফা পুথোক্লগা ঐঙোন্দা তাহনবা ঙম্লবদি নংবু য়াম্না থাগৎকনি অদুগা বা অমদি কাওরোইদবনি—চিনফা হাযবা মতমদা অরানবা য়াওবা বাহৈ খুদিংগী পৈসা মরি মরি ফাইন ওইনা নঙোন্দগী ঐনা লৌগনি।"

মুপা অদুনা খল্লম্মি মধুদি—মাগী বা ' সি অঙাং অসিনা ইনবা ঙ ' াই। অঙকপনি, বা অসি অঙাং অসিনা হুয়াও হয়াও য়ারে। মুপা অদু মুমিৎ খুদিংগী অ:না অনৌবা লাইরিক অঙাং অসিদা পীরে। অঙ'ং অসিনা লাইরিক অদুগী লামাই অমা চিনফা পুথোক্লগা মঙোন্দা তাহল্লি। অঙাং অসিনা চিনফা হায়বা মতমদা বাহৈ অমতা ফাওবা লাল্লমদে। মতৌ অসুম্না মুমিৎ কয়া হৌখ্রে। নোংমতসু ফাইন তৌবা ঙমখিদে।

# মদন মোহন মালবায়

ভারতকী অফাওবা মুচিংবশিংগী মরক্তা শ্রীমদন মোহন মাল-বীয়স্থ অমনি। মহাক্না ঐখোয়গী লৈবাক ভারতবর্ষবু মানংতমহন্নবা হোৎনবদা অরাবা কয়া খাঙাখ। মহাক্না মাগী পুন্সিচুপ্পা লৈবাক্কী অমদি সমাজগী সেবা তৌবদা মতম লেনখি। মানা লৈবাক্কীদমক তৌরম্বা থবকশিংগী মরক্তা অরাবা খুদম অমদি কাশী হিন্দু বিশ্ব-বিদ্যালয়নি। হায়রিবা বিশ্ববিদ্যালয় অসি সংসারগী অফাওবা অমস্তুং অচৌবা বিশ্ববিদ্যালয়শিংগী মরক্তা অমানি। মদন মোহন মালবায়না বিশ্ববিদ্যালয় অসি লিংখৎনবা হো নবদা যাম্না অরাবা খ ঙখি।

মালবীযগী মপাবুঙদি লাই যাম্না নিংবা অমস্তুং ধর্ম্ম চেনবা মী ওইরম্মি। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌরম্মি। শ্রীমদ্ভাগবতকী য়াম্না লাহুনা ফলকপা পেশানা মখোযগী পুন্সি লেল্লম্মি। মালবীযগী মমা হবেম্মস্তু যাম্না ধর্ম্ম চেনবী সতী ওহবী মুপীনি। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগী ভক্ত তৌরম্মি। বৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে হাযবগুম্না মালবাযস্ত মপা মমাগুম্না যাম্না ধর্ম্ম চেনবা লাইনংবা মা ওইরম্মি। মহাক্ন মশাগী ধর্ম্মবু যাম্না মুংশিরম্মি অমস্তুং থাজনা তৌরম্মি। মশাগী ধর্ম্ম ভাক্তবগীদমক থবাই হকচাং পুম্নমক কখোকপা পাম্লম্মি।

অঙাং ওইরিবা মদন মোহন মালবীযনা মযুমমক্তদা লাইরিক তম্বা হৌরম্মি। মপা মনান মহাকপু অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলদা

থাগৎপা পাল্লমদে। স্কুলদা তম্বা অঙাংশিংনা নোংচুপলোমগী লাইরিক মতম ওম্মি। লমচৎ ব্যবহারস্তু মীরৈবাক্কী মতৌ তম্লকই। মসি মালবীয়গী মপা মমানা পাল্লমদে। অসিগীস্তু মথক্তা অঙাং ওইরিবৈ অসিদা অতৈ অতোপ্পশিংদগী ফত্তবা লমচৎ তম্লকনি খল্লম্মি। য়ুমদা য়াবমখৈ তম্বিরগা কোন্না স্কুলদা থারম্মি। ইহান হানবদা "ধর্ম্ম জ্ঞানোপদেশ" কৌবা স্কুল অমদা মালবীযবু থাজনখি।

মালবীয়না অঙাং য়াম্ন ওইনা শ্রীমদ্ভাগবত অমস্তুং গীতাগী শ্লোক কয়ামরুম চিনফা পৃখি। অসিদস্তু নত্তনা ভক্ত সুরদাস অমস্তুং মীরাগী ফজরবা পাদ কয়ামরুম চিন্দ পুথোক্লম্মি। মতুংদা মহাক অতোপ্পা স্কুল অমদা তমখ্রে। মতম আসদা মহাক্কী চহি তরেৎতা মঙাহরি। মহাক্কা ওব্বা দেবকানন্দননা মহাকপু মাঘগী মেলাদা ত্রিবেণী মপান্দা পুরম্মি। অঙাং ওইরিবা মালবীয়বু মুন্না অমদা লেপখৎহল্লগা লেকচর পাঠহল্লাম্মি। মতৌ অসুম্না অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা ধর্ম্মগী মরিদা প্রচার তৌবগী বাখল অসি পোকখ্রবনি।

মালবীয়না ইংরেজা তাম্নংলক্লে। মহাক্কী লমচৎ ব্যবহার অসি কায়রক্লরোহ অমস্তুং মাগা থম্মোযদা চুশিনখ্রে খল্লদুনা এলাহাবাদকী স্কুল অমদা অমুক থাজিনখ্রে। মহাক লাইরিক্তা য়াম্না থবাই য়াওবা ছাত্র অমা ওইরাম্ম। মালবীযদি যাম্না লাইরবা ছাত্রনি। করিগুম্বদস্তু লাইদা কত্তনা চা-থক্লমদে। মরম অসিনা তল চজিক খন্না চারগা স্কুল কারম্মি। মদন মোহন মালবীয়গী পীক্লবা য়ুম অচুদা লাইরিক-লাইশু ওরাইনবগী খুদোংচাবা কংলমদে। য়ুম লোম্নবদা

লৈকোল অমা লৈ। মতুদা মমান্নবা ছাত্র অমস্ত লৈ। মুমিদাং-বাইরম ওইরকপগা মথুত্তা লালটেন অমা পায়দুনা চৎখি। মক্ষম অদুদা লাইরিক থরাই য়াওনা ঔরাই অমসুং তুম্মি।



মদন মোহন মালবীয়না এন্ট্রেন্স পাস তৌরবা তুংদা ম্যোর সেণ্ট্রেল কলেজদা তমখি কলেজ অসিদা পণ্ডিত আদিত্যরামবু কলেজগী ওঝা অমা ওইনা থেংনখি। ওঝা অসি লাইরিক তম্বিবতা নত্তনা ধর্ম্মগী মরিদসু মালবীয়গী লম্বী উৎপা মী অমা ওইখি। ওঝা অসিনা পীবা পাওতাক মতুংইন্না মদন মোহন মালবীয়না "হিন্দু সমাজ" কৌবা সভা অমা লিংখৎখি। সভা অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী মরীদা প্রচার তৌই। লেকচর পীত্তনা হিন্দু ধর্ম্মগী মরিদা মীপুম খুদিংদা খঙহন্নবা হোৎনৈ।

মালবীয়দি অঙকপা ফংনা মপুকচেল চাউরম্মি অমসুং মীনুংশি খঙলম্মি। অতোপ্পা জীবগী অৱাবা উবদা মহাক থাঙবা ঙম্মদে।

অভোম্বগী অরা অনা কোকহন্নবা হোৎনবদা থবাই থাবা ফাওবা পান্মুরমদে মহাক্কী থৌজাল হৈবগী মরিদা থৌদোক কয়া কয়া লৈ। থৌদোকশিং অদু ঐথোয়না শিংথাবা লোইবা ঙম্বা নত্তে।

নোংমা মালবীয়না এলাহাবাদকী মাইবা অমগী ময়ুমদা চেল্লক্লম্মি, মহাক ইপা পাখৎলম্মি। মানা তফিং তফিংনা মাইবা অদুদা হায়রম্মি - "তুই অমগী মনাদা য়াম্না থীনা শোক্লে, অনাবগী চৈনাখোন্না তুই অদু যাম্না ব্রানা লৈরে। চান'বদুনা হিদাক অমত্তং ত'কপীয়ু" ডাক্টরনা হিদাক অমা পীরক্লে। অনাবা তুইদা হিদাক তৌ'া হায়বা অসি অরায়বা থবক নত্তে। অনাবা তুইদি অনাবগী চৈ'াখোন্না ইঙাও ঙাওনা লৈ। তুই অসি মালবীয়গা খডনবা শা অ'ম্র নত্তে। লম্বেলদা ওক্লবা অনাবা তুই অমা ফাতুনা লায়েংনবা হে'ৎনবা য়াম্না লুবা থবক্নি। মানা মমান্নবা ছাত্র থর হৌরদুনা লম্বেলদা ওক্লরম্বা অনাবা তুই অদু থীবা চৎখ্রে।

অনাবা তুই অদুনা কযিং চিক্কনি কীবনা মরুম অমদা লোত্তুনা লৈরম্মী। মালবীয়না চৈ অমদা ফি মচেৎ অমা য়েৎশিল্লে। কি অদু হিদাক পুল্লগা তুইগী মনা অনাবা অদুদা হাপ্পীবা হৌরক্লে। তুই অদুনা ঙংলম্মী; ময়া হিগৎলতুনা লাক্কে তৌরম্মি। মালবীয় য়াম্না ম'রংজেল ফবা মীনি। মহাক অকি অখঙ লৈরমদে। মহাক তুমিন্না হিদাক হাপ্পা হোৎনরম্মী। হিদাক হাপ্লবা তুংদা তুই অদু অনাবা থর ফরদুনা তুমিন্না কুম্মখ্রে অমসুং মমৈথংদা তুমখ্রে। তুই অসিগী অরাবা থর কোকপা উবদা মালবীয়গী খুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

স্নেংউ. ঐখোয়গী লৈবাক্কী ফাওম্নবা লুচিংবা মদন মোহন মালবীয়না নহা ওইরিবৈদো কয়াদা মীনুংশি খঙখ্রবা ! লম্বীদা ওক্নবা মশক খঙদবা অনাবা হূই অমগী মফমদা অস্নুক য়াম্না নুংশিনা তৌবিরবদা অতৈ অতোপ্পা লৈত-লাইর অমসুং অৱা অনা তারবা মীশিংগী মফমদদি কয়া য়াম্না তৌবিরমগদগে ?

মদন মোহন মালবীয়না লমচং ব্যবহারদা য়াম্না পুক্নিং চংলম্মি। চাবা য়াবা য়াদবা, শোক্নবা য়াবা য়াদবা অসিনচিংবা নিয়মশিং অসি মাদি য়াম্না ঙাক্না চৎলম্মি। মতৌ অসুম্না নিয়ম ঙাক্না চৎপা মী ওইদুনস্ন মপুকচেল যাম্না চাউরম্মি। কনাগস্ন যেক্নরমদে অমসুং মীবু তুক্কচবা মিংয়েংনা থক যেংলমদে।

মালবীয়না মতম পূম্নমক্তা মীগী সেবা তৌবদা পুন্সি লেল্লম্মি। অতিথি, যণবী অমসুং ব্রাহ্মণগী সেবা মানা যাম্না পামজবা থবক্নি। মাগী ময়ুমদা লাকপা অতিথি অমতা লেম্না হলহনখিদে। মহাক্কি লৈত-লাইর, অৱা-অনা পূম্নমক্কী চংজফম্নি। লাইরবা ছাত্রশিংগীদি মহাক মপা মমাগুম্নম্মি। কাশী হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয় লিংখৎপা মতমদা বিশ্ববিদ্যালয়গীদমক নোংমগী দান খর ফংদ্রিবা মখৈ চাক চারমদে। মাগী পুন্সিগী মমৈথং ফাওবা নিয়ম অসি ঙাক্লম্মি। হৌগৎ-কাংখৎপা ওম্নকত্রবা মতমদদা নিয়ম অসি থাদোকখি।

মদন মোহন মালবীয়না ভারতকী নহা খুদিংমকপু মশা ফহন্নিংলম্মি। মানা হিন্দুগী য়ুম খুদিংদা যণবী লোইবা, খুল খুদিংদা শামনবা লম্পাক থম্বা অসি পাম্নম্মি। অওইবমকস্ন মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং ফবা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা লল অমনি।

হকচাংবু ফজরবদি ঈনাক খুনবা, মহৈ মশিং হৈবা পুন্নমক অসি অয়েম্বনি। নহারোল ছাত্রশিংনা লাইরিক্তা থবাই য়াওবগা লোয়ন লোয়ননা চাং নাইনা শান্নবা অমস্থুং হকচাং শাজেল তৌবা চুম্মি।

মদন মোহন মালবীযনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী মীনা মীয়েবাক মচাগী ফিজেৎ চাকচা মতৌ তম্বা অসি পান্নমদে। মহাক্না মাগী জাতি অমস্থুং হিন্দু ধর্ম্মবু যাম্না থুংশিন্নম্মি তৌইগুম্বস্থুং অতোপ্পা ধর্ম্মগা য়েংথিনবা ভাবতি লৈরমদে।

---

# লোকমান্য তিলক

ঐখোয়গী ভারতবর্ষগী ফাওরবা নেতা লোকমান্য তিলককী মমিং নখোয়না তাররিগনি। মাগী মমিং বাল গঙ্গাধর তিলকনু কৌই। মহাক রত্নাগিরি কৌবা মফমদা পোকখি। মপাগী মমিং গঙ্গাধর রাও অমসুং মমাগী মমিং পার্ব্বতী বাঈ কৌই।

অঙাং ওইরিবা তিলকনা নোংমা মচেগা লোয়ননা শাররম্মি। অঙাং ওইরবসু তিলকতি রাঙাং শ'ঙাং যাম্না শিংলম্মি। মহাক য়াম্না বুদ্ধি লৈবা অঙাংনি। তিলব যাম্না লিকপা অঙাংনি। মাগী মথুত্তা পৈশাসু মরাং কায়না লৈরম্মি। মহাকী পৈসাশিং অতু চানা-থক্নবা থক লৈখোক্লে। তিলককী লিকপা মতৌ অতু উবদা লক্লনিংবনা নোংমদি মচেনা চাযরম্মি "চাক য়াম্না লাম্লে; পৈসা খর পুখোক্লকউ লৈবাক হরাই লৈরুগে। ঐখোয় অনি চামিন্নসি।"

তিলক য়াম্না লিকপা অঙাংনি। অসিগীসু মথক্তা পৈসাশিং অসি মানা য়াম্না রানা তাঞ্জবনি। মানা শুক্তোক্লহুনা পাওখুম পীরম্মি—"নুঙাইবিরে হায় পাবুঙনা শ্লোক চিনফা পু হায়বা মতমদদি তুমদুনা লৈখোক্লগা। লৈবাক হরাই চানিংলবদি শ্লোক চিনফা পুরগা পাবুঙদগী পৈসা লৌ।" তিলকনা মচেদা অকনবা পাওখুম পীরুরে। অতুমকপু মহাক্না মচেবু য়াম্না নুংশিরম্মি উপু বাক্সিদগী পৈসা খর লৌখোক্তুনা মচেদা পীরে।

মপানা তিলকপু য়াম্না চেকশিন্না তম্বিরম্মি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক্না সংস্কৃতকী শ্লোক কয়ামরুম চিনফা পুখোকখ্রে। মপানা

চে মচেং অমদা সংস্কৃতকী শ্লোক ইতুনা থম্লম্মি। মপানা হায়রম্মি - শ্লোক অসি চিনফা পুখোল্লগা চে শেগাইখো অদুগা পৈশা অসিনা নং লৌ।

মতৌ অসুম্না তিলকনা সংস্কৃতকী শ্লোক কয়ামরুম চিনফা পুখোল্লম্মি অমসুং পৈসাসু য়াম্না ফংলম্মি। মহাকী মচেসু মাগী শ্লোক চিনফা পুমিন্নরম্মি অদুবু তিলককুম্না চিনফা পুবা ঙম্নমদে মহাকী বুদ্ধি লৌশিং চংখোনবা অসি অ◌ংকপনি।

অসিগুম্বা বুদ্ধি লৌশিং চংখোনবা নিপা মচা অসি ঐখোয়গী লৈবাকী লুচিংবা বাল গঙ্গাধর তিলকনি। মহাক অফাওবা মুপা অমা ওইখি। মাগী লাইব্রিক-লাইসু হৈবা অমসুং বুদ্ধি লৌশিং চংখোনবগীদমক মী পূম্নমক্না মাবু থাগৎনরম্মি। মানা পুন্সিচুপ্পা মরৈবাকী সেবা তৌখি। মরৈবাকী সেবা তৌবদা অচৌ-অচৌবা অৱাবা কয়া থাওখি।

নোংমা স্কুলদা অঙাং পূম্নমক লাইব্রিক তম্বা লাকনরম্মি। অঙাংশিং অসিগী মরক্তা তিলকসু য়াওরম্মি। পুং তরা তারদুনা ওঝা ইবুঙোনা ক্লাসতা লেংশিল্লক্লে। ওঝানা লৈপাক হৱাই মকু থরা স্কুল-শংগী লৈমাইদা ইচাই চাইনা তাবা উরে। অসিগুম্বা অনোৎপা থবক অসি উবদা ওঝানা য়াম্না শাওরে অমসুং ছাত্রশিংদা কনানা তৌরগে হায়না হংবা হৌরক্লে

তিলকতি লৈপাক হৱাই চাবা য়াম্না পাম্মি। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা লৈপাক হৱাই লৈদুনা চায় হায়বা ওঝানা য়াম্না মুম্না খঙই মরম অসিদগী ওঝানা তিলকপু চিংনরম্মি।

তিলক য়াম্না পুকচেল লাকশিনবা ওম্বা ছাত্রনি। যুমদগী মপান থোক্লক্লগা তান চাদনা মফম চাদনা পংচা চাদে। স্কুলদা তারিবা লৈপাক হবাই মকুশিং অসিম্তু মানা চাইথাইবা নত্তে মাদি মরম ওকপা অমসুং জ্ঞান তাবা ছাত্রনি। ওঝানদি মহাকপু



চিংনরি। মরম অসিনা মাবু কৌশিল্লগা শুক্তোক্লুনা হায়রম্মি - "নংনা চাইথাংরিবা লৈপাক হবাই মকু অসি থুন্দোক্লুনা লংথোকউ"

তিলকনা ওঝাগী য়া অসি তাবদা য়াম্না ঙকল্রে। মহাক চাইহাক বাখল তোঢুনা লৈরে। মতুংদা অকিবা লৈতনা মহাক্না

ভোৎবা নত্তে হায়না হায়রম্মী। মাগী মা অসি ওঝানা থওইনা ভাখিন্নমদে। মহাকপু মরাল লৈবা তাহনবিরে।

তিলকতি অচুম্বদা হায়জননি। মহাক্না অচুম্ববু য়াম্না নুশি-জমম্মি ওঝানা মঙোন্দা মরাল শীবা অসিদা মহাক মথন্নাই য়াম্না নুঙাইরমদে। থোইদোক হেন্দোক্না মহাক্না অচুম্বা মা হম্না হম্না হায়জন্নবদসু থওইবিদবা অমসুং মহাকপু অন্নানবা তাহনবা অসি মহাক খাঙবা ঙম্নমদে। মথংগী নুমিত্তুগী হৌনা মহাক স্কুল অদুদা অমুক হন্না চৎলু য়াদ্রে। স্কুল চৎলু য়াদবগী মরম হংনরকলবদা মহাক্না খুম্নম্মি—"অচুম্ববু ঈকাই খুম্নদ্রবা স্কুল অদুদা ঐ অমুক হন্না লাইরিক তম্বা চৎপা পামজদ্রে।"

মমেথংদা ওঝানা অওইবা পাও তাম্নবদা য়াম্না নিঙম্নক্লে। ওঝানা তিলোকপু স্কুল কারক্নবা হন্না হন্না হায়রম্মি। অদুবু মহাক অমুক হন্না স্কুল অদুদা তম্বা চংখদ্রে।

য়েংউ অন্তাংশা! ঐখোয়গী লৈবাকী ফাওনবা লুচিংবা বাল গঙ্গাধর তিলক অসি অঙাং ওইহৌরদগী হৌনা কয়াদা অচুম্ববু নুংশিখ্রবা অমসুং মরিংজেল মথোনা লৈবা। মঙোন্দা করিগুম্বদসু অকিবা লৈরমদে। মাগী অসগুম্বা গুণশিং অসিনা মরম ওইদুনা ভুংদা অফাওবা মী অমা ওইবা ঙম্নরিবনি।

লোকমান্য তিলক অঙাং ওইরিবৈদা য়াম্না কবা ছাত্র ওইরম্মি। মতম অয়াম্বদা মকোক ওইরম্মি। মাগী বুদ্ধি লৈবা উবদা ওঝাশিংক্রু ঙকলম্মি। চহি তরাদা ভাহরিবৈদা সংস্কৃতকী অরাইবা শ্লোকশিং অর্থ কাওবা হায়রবা ঙমলম্মি।

ইংলিস স্কুলদা তম্বা মতমদস্তু অঙকপা ফংনা বুদ্ধি লৈবা উংখি। মরুওইনা অঙ্ক অমদি জ্যামিত্রি মানা য়াম্না হৈনবা বিষয়নি। অঙ্ক অমসুং জ্যামিত্রিগী পাওখুম মচিন্দনা পীরম্মি। কয়ি করিগুম্বা মতমদা ওঝাশিংগা য়াম্না কন্না য়েৎনরম্মি।

নোংমা ক্লাসতা ওঝানা অঙ্ক তম্বিরম্মি। অঙাং পূম্নমক্কী মখুত্তা বোর্ড অমসুং পেন্সিল পায়রম্মি। মাহাক হংলবা ভুংদা ওঝানা অঙাং পূম্নমক্তা হোৎননবা য়াথং পীরে। পূম্নমক্না মাহাক্কী পাওখুম পীননবা বোর্ড পেন্সিল পায়খৎতুনা কন্না হোৎনরি। মতম অসিদা তিলকতি ঃমিন্না ফমদুনা লৈরম্মি। মাগী মখুত্তা বোর্ড পেন্সিলস্তু য়াওরমদে। ওঝানা অসুম যেংলকপদা তিলক্কী তৌরিবা থিবম অদু উরুরে। ওঝানা হংলম্মি –"নংদি করিগী ঃমিন্না ফমদুনা লৈরিবনো? করিগী অঙ্ক হোৎত্রিবনো?"

তিলকনা খুমলম্ম "ঐসু অঙ্ক হোৎচরি।"

মাগী বা অসি তাবদা ওক্লদুনা ওঝানা হায়রম্মি—"নখুত্তা বোর্ড পেন্সিলস্তু য়াওদে। করম্না অঙ্ক হোৎলিবনো"?

। "ওঝাবু বোর্ড পেন্সিলগী কান্ননিঙাই লৈতে। ঐনা অঙ্ক অসি চিন্না হেক্তা হোৎচগনি। লোইবু লোইশিল্লক্লে অমুক্তা তাবিয়্যু।" অসি হায়রদুনা তিলকনা চিনফানা পাওখুম পীরক্লে। মাগী পাওখুম অসি চুমগ্র চুমলম্মি। মসি উবদা ওঝাগী ওকপগী ওমখৈ লৈরমক্লে।

তিলকনা অয়াম্বা মতমদা ওঝাগা কন্না মরৈ য়েৎনরম্মি। অদিকা ওঝাগা অসি অঙোম্পা শুকলৈ লৈরমদে। স্কুলদা মহাক্না

নোটবুক শিজিন্নরমদে। ওঝানা নোটবুক থম্মবা হায়রবদা মানা পাওখুম পীরম্মি—"ঐগীদি নোটবুক থম্বগী কান্নদে, নোটবুক হায়ববু ঐগী মাথানি। মরুওইবা বাফম পূন্নমক মাথাদা নোট তৌশিল্লি।"

নোংমা ওঝানা অঙ্ক অমা ব্রেক বোর্ডতা হোৎতুনা তাক্লনবা হায়রম্মি। তিলকনা মনাক্তা চোক অমা লৈরম্মি। মহাক্না চোক্তা মুন্না য়েংলগা মপুক্লিংদা খল্লকই। খুওঃ চাক অমুক তৈহনবগী করি কান্নবগে? অসি খল্লদুনা অঙ্ক অদু মাংন্তনা হোৎপা হৌরক্লে।

ওঝানা হংলম্মি "করিনে নংনা তৌরিবদো?"

তিলকনা পাওখুম পীরম্মি "হিসাবকী পাওখুম পীরিবনি।"

ওঝানা হায়রম্মি—"হোৎপদি কদাইদা হোৎলি?"

তিলকনা পাওখুম পীরম্মি—"ঐগী মাথাদা হোৎলি।"

তিলককী পাওখুম অসি তাবদা ওঝাস্ন শাওরে। মতম খরগীদমক মখোয় অনি যান্না কন্না য়েংনরে। মমৈথংদা মখোয় অনিনা বা অসি লোইশিনবা ভন্নদ্রদুনা হেড মাষ্টরগী মনাক্তা যৌনখ্রে। হেড মাষ্টরনা পাম্বে অমনা মখোয় অনিমক খামজিনখ্রে।

নোংমা ক্লাসতা ওঝানা ডিক্টেশন ইহল্লম্মি। ওঝানা ইহল-লিবশিং অদুগী মনুংদা "সন্ত" হায়বা বাহৈ অসি অহল্লক য়াওরম্মি। ছাত্র পূন্নমক্না মানা মানা পাম্বা মওংদা ইনরম্মি। অদুবু তিলকতি খঙনা খঙনা মখল অহুম থোক্লা ইরম্মি। সন্ত, সংত অমসুং সনত, ওঝানা মাগী বোর্ড অদু উরগা য়াম্না শাওরে। ইরিবা অহুম অদুগী মনুংদা "সন্ত" হায়বা বাহৈ অসিদং অচুম্বনি হায়না খল্লম্মি। মরম অসিনা অতোপ্পা অনি অদুবুনা অয়ামবনি খন্দুনা কক্‌থৎলে।

অঙাং ওইরিবা তিলকতি মীনা হাযরিবা মখৈ মরম পীদনা চুম্মি খনবা মী নণ্ডে। মাগা ওঝাগা যাম্না কন্না য়েৎনরে। মাহৈ অহুম্মক তিলকনা মশানা খণ্ডনা ইগে হায়না ইরিবনি। য়াম্না কন্না যেৎনরবা ফাওবদসু মাফম অসি লোইশিনবা য়াদ্রে। মমৈথংদা ওঝাগী মা অদু তারবা ৫ংদা হেড মাষ্টরনা তিলকনা চুম্মি হায়না হায়বিবরে। বুদ্ধি লৌশিং যাম্না ফবগীদমক স্কুলদা তিলক মমিং যাম্না চৎলম্মি। মাদি যাম্না চম্বা গীতানি। নোংচুপলোমগী সাহেব শাবা ফিজেৎ লাকচেং মহাক পান্নমদে। মতম পুম্নমক্তা ভারতকী ওইবা ফিজেৎ শেৎলম্মি।

লোকনান্য তিলকনা চাউরক্লবা মতমদা নৈবাক্কী সেবা তৌবা লুচিংবা মী অমা ওইখি। পুন্সিচুপ্প ভারতকী সেবাদা কখোকখি। অসিগুম্বা মতিকচাবা মচাশিং পোকচবনা ভারত মাতানা মীমান্নবা ওমজরিবনি।

———

# দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাস

ওসি ঐখোয়না মহাত্মা হায়রগা গান্ধীজীবু খঙবৈ। মতৌ অমম্না দেশবন্ধু হায়রগা চিত্তরঞ্জন দাসপু খঙবৈ। মহাক অসি অমত্ত ইমাগী মীথোই মীহেনবা মচা অমনি। মানা মশাগী পুন্সিবু লৈবাক্কী সেবাদা কথোকখি।

চিত্তরঞ্জন দাসকী মপাগী মমিং ভুবনমোহন দাস কৌরম্মি। মহাক কলিকাতাদা লেবা অফাওবা উকীল অমনি। ভুবনমোহন দাস যাম্না মপুকচেল চউবা মীনি। মতম পুম্নমক্তা লৈত-লাইরবশিংগী মতেং পীরম্মি। মীগী মতেং পাংনবা হোৎনবদা মানা মাগী পুন্সিদা অৱাবা কয়ামরুমগা মাইয়োক্নবা তাখি। লৈত লাইরবশিংগী মতেং ইতৎতত্তুনা পীবদগী মমৈথংদা মহাক শেন্দোল তোনশিনখি।

ভুবনমোহনগী মুপীগী মমিং নিস্তারিণী দেবী কৌরম্মি। নিস্তারিণীসু মপুরোইবগী মতৌগুম্না যাম্না থৌজাল হৈবী নুপীনি। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা লৈত লাইরগী মতেং পীরম্মি। অসিগুম্বা মপুক-চেল চাউরবা, থৌজাল লৈরবা মপা মমাগী মচা ওইবনা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনা অসুক যাম্না অফাওবা মী অমা ওইবা ঙমখ্রিবনি।

চিত্তরঞ্জন দাসনা অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মশাদা গুণ কয়ামরুম লৈরম্মি। মাগী নিংথিবা মাইথোং অমসুং মোমোন নোকপা শক্তম

উবদা অউবা মী থুদিংমক্কী পুক্নিংদা সুঙাইবা পোক্লমই মহাক্কসু উবদা মী থুদিংমক্কা হায়রম্মি মতদি—"চিত্তরঞ্জন দাস অসি তুংদা অফাওবা মী অমা শোয়দনা ওইরগনি।" অওইসনি, করিগীসু হায়রোইদগে? অঙাংদি নিংথাদা থংই হায়বা অদুনি।



দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনা অঙাং ওইরিঙৈদা ললিত মোহন সেন হায়বা অসি য়াম্না চাম্নবা মরুপ অমা ওইরম্মি। মখোয় অনি অমনা অমবু য়াম্না লুনা তৌনরম্মি। মতম পুম্নমক্তা লোয়নবা লৈরম্মি। চাব-থকপা, স্কুল কাবা অমসুং হল্লকপদসু অমনা অমবু থক থাদোক্লমদে ললিত মোহননা চিত্তরঞ্জনগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরমদা মথাগী অসুম্না ইরি—"চিত্তরঞ্জননা লাইরিক তম্বা মতমদা পুক্নিং চংদে। ওয়াখানা তম্বিরিঙৈ মতমদা করিগুম্বদা কবিতা ইদুনা লৈ; করিগুম্বদনা মপানগী লাইরিক পাদুনা লৈ। অওইবদ অঙাং ওইরিবা চিত্তরঞ্জন দাসনা স্কুলগী টেক্সটবুক পাবদা থোইনা

পুক্লিং চংলমদে। মহাক্না আউটবুক পাদুনতা মতম লেল্লম্মি। অসুম তৌদুনসু মহাক পরীক্ষাদদি থক ফেল ওইরমদে তৌইগুম্বস্নং মকোক নত্রগা মথং ওইদুনতা লৈরম্মি। পরীক্ষা থা অনি অহুমতা ভাইশিল্লক্রবা মতমদা মানা মাগী লাইব্রিক য়াম্না কপ্পা পাবা হৌগং-লকই। আউটবুক য়াম্না পাবগী মপান্না মহাক্না য়াম্না অঙাং ওইনা জ্ঞান য়াম্না ভানশিনবা ঙমখি।”

অঙাং ওইরিবা চিত্তরঞ্জননা লাইব্রিক অহুমথক য়াম্না পামজনা পারম্মি মদুদি—আনন্দ মঠ, লোক রহস্য অমসুং কমলা কান্ত। আনন্দ মঠ পারগা মানা মাগী মরুপশিংদা হায়রম্মি মদুদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ভারতবর্ষবু মীকপ থোকতনবা পাম্লবদি আনন্দ মঠ হায়বা লাইব্রিক অসি য়ুমথোং খুদিংদা য়োহনগদবনি।

চিত্তরঞ্জনগী অঙাং ওইরিবৈগী মরূপশিংগী মন্নুংদা রাখাল বাবুসু অমনি। মহাক্নসু হায় মদুদি “চিত্তরঞ্জননা স্কুলগী লাইব্রিক পাবদা পুক্লিং থোইনা চংদে। মতম অয়াম্বদা আউটবুকতা পাদুনা লৈ। ক্লাস থ্রী অমসুং ফোরগী ছাত্র অমা ওইবা মতমদা আউটবুক পাবগী মপান্না জ্ঞান য়াম্না লৈবা মী অমা ওইবা ঙমখি। পরীক্ষা থা অনি অহুমদা ভাইরক্লবদা স্কুলগী লাইব্রিক পাবা হৌই অমসুং পরীক্ষাদা মকোক নত্রগা মথংদি শোয়দনা ওইরকই।”

অঙাংশা! য়েংউ অসিগুম্বা ফাওরবা মুপা অসিনা অঙাং ওইরিবৈদা স্কুলগী ওম্নবা লাইব্রিক্তা নত্তনা অতোপ-অতোপ্পা মপানগী লাইব্রিকশিং পাবদা থরাই য়াম্না য়াওখি। অতোপ অতোপ্পা লাইব্রিক য়াম্না পাবগী মপান্না মহাক্না অফাওবা মী অমা ওইবা ঙমখি।

অঙাংশা নখোয়স্থ তম্লিবা স্কুলগী লাইব্রিকশিং অদু পুক্লিং চংনা পাও। লোয়না-লোয়ননা মপানগী অতোপ অতোপ্পা লাইব্রিকশিংস্থ পাশিনবা তম্মু। অদু ওইরবদি নখোয়স্থ লৌশিং লৈবা মী অমা ওইবা ঙমগনি।

চিত্তরঞ্জন দাস অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা য়াম্না থৌজাল হৈবা মী ওইরম্মি। লৈত-লাইরবা অমসুং অর্ব-অনা তাবরা মীশিংবু উরগা মাগী মমিত্তা মপী শিন্থরম্মি। মহাক য়ারিবমথৈ হোৎনদুনা মীগী মতেং পাংবা লাক্লরম্মি। মাগী চহি তরামাথোইশুবা মতমগী বানি। নোংমা মপাদা মহাক্লা লুপা তরেংথক পীয়ু হায়রম্মি। মাগী বা তারগা মপানা য়াম্না ঙক্লদুনা হংলম্মি—

"লুপা তরেৎ অদুনা নং করি তৌনগদৌরিবনো?"

অঙাং ওইরিবা চিত্তরঞ্জননা খুম্লম্মি--"তঙাইফদবা তোদবা য়াদবা থর্বক্লি তৌইগুম্বসুং মরমদি তাকথোক্লোই।"

মচাগী বা তারগা মপানা থুশিন্না লৈখ্রে। মরম ওকপা অচুম্বা ঙাংবা মচাবু মহৌশানা মপা মমানা থাজে অমসুং লুনা তৌই। মরম ওকপা চিত্তরঞ্জননা লুপা অদুনা ঁা ঙবা থবক্তা থক শিজিন্নরোই হায়বা য়াম্না মুন্না খঙলম্মি। মপানা ফুংরংশাওদনা লুপা তরেৎ থক লৌথোক্কুনা পীরে। মহাক্লা করম্বা থবক্তা শিজিন্নবগে হায়বা মপানা খঙনিংলম্মি। মরম অসিনা য়ুমগী মীনাইং অমা লোম্না মাগী মতুং ইন্নবা থাখ্রে।

অচাং ওইরিবা চিত্তরঞ্জননা লুপ তরেৎ পুদুনা চৎখ্রে। য়ুমগী মীনাই অসিস্থ লোম্না মানা চংশা নাইকেদ ইন্নদুনা চৎখ্রে। নাপ্প

মতুংদা মী অমা ইল্লক্লি হায়বা চিত্তরঞ্জনদি খঙবা ঙনলমদে। হুম্নিশুবা নুমিত্তা চিত্তরঞ্জননা য়ুমলোম্নবা লাক্তরবা অঙাং অমগা লোয়ননা লাইরিক যোনবা দুকান অমদা চৎখ্রে। মহাক্না লাইরিক থল্লা লৈরগা অঙাং অদুদা পীরে। অরেপ্পা লুপা অদুনা তোংনবা সেন্দল অমসু লৈবিরে।

থৌদোক অসি মীনাই অদুনা লোন্না যেংলম্মি। মহাক্না য়ুমদা হল্লক্লগা চিত্তরঞ্জনগী মপাদা তল্লরে। মপাসু য়াম্না থৌজাল হৈবা মীনি। অঙাং ওইরিবা মচাগী থোজাল হৈবগী পাও অসি তারগা ঙনখৈ লৈতনা নুঙাইরাম্মি। হুরাওবগা লোযননা মমিৎতা পীগী ঈথক হৌরম্মি।

যেংউ অঙাংশা। অসিগুম্বা থৌজাল হৈবা অঙাং অসি দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনি। মহাক্কি থাঙ্গৈশেংবা থৌজালগী মশক্কি অঙাং ওইরিবৈদগী হোন পুন্সিচুপ্পদা লৈত লাইরগী সেবা তৌদুনতা লেনখ্রবনি। মহাক্না আইন তম্বা লোয়রদুনা উকীল অমা ওইরবা মতমদসু লৈত-লাইর অমসুং উপায লৈজদ্রবী লুখ্রাবীশিংগী মতেং পাংলম্মি। লাযবরা ছাত্রশিংবু পৈসা পীদুনা লাইরিক তমহল্লম্মি। লাইরবশিংগীদমক্তদি মতম পুম্নমক্তা থোং লাউনা হাংদোক্লুনা থম্লম্মি। নোংমদি চারিবা অমগী অরাবনা থল্লবা থোঙ্গেল তাবদগী লুপা য়াম্থে পুথোকতুনা দান তৌখি।

অঙাং ওইরিবৈদা চিত্তরঞ্জন দাস য়াম্না থৌজাল হৈরম্মি। মহাক্না স্কুল কাবা মতমদা পোৎ লৈদুনা চানবগীদমক পৈসা য়াম্না ফংলম্মি। পৈসাশিং অদুনা মরুপ মপাংশিংবু পীজরাম্মি। মামা

মতম পূন্নমক্তা মরুপ-মপাংশিংবু লুনা তৌরম্মি। মরুপ-মপাংশিংগী অন্নাবা অমতং তাবদা মখোয়গী মতেং পাংনিংবনা মহাক মপুক্লিংদা লাংতক্লরম্মি। অমুক্তং মাগী মরুপ ওইখ্রবা মী অগবু মগাক্লা থক থাদোকপা লৈতে।

জগত হরিসেন কৌবা ওঝা অমনা চিত্তরঞ্জনবু য়ুমদা লাইরিক তম্বিরম্মি। ওঝা অসিনা চিত্তরঞ্জন দাসকী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিগী মরিদা য়াম্না ফজনা ইরি—"ঐনা চিত্তরঞ্জন দাসপু লাইরিক তম্বিবদা নত্তনা মাগী বাংংং-শঙাং, লমচৎ-ব্যবহারগী মরিদসু য়েংশিল্লম্মি। মানা অঙাং ওইরিঙৈদা অঙাংশিংগী কাংলুপ শেম্বা য়াম্না পাম্নম্মি। মানা মাগী কাংলুপ্তা লৈরিবা অঙাংশিং অচুগা থক থৎনরমদে। মানা অঙাং পুন্নমকপু হরাওতন্নবা হোৎনরম্মি। মানা চাননবা পৈসা ফংবা অদুনা মমান্নবা পূন্নমকপু পীজরম্মি। মানা মকপ শান্নথ্রবা মমান্নববু করিগুম্বদা থক থাদোক্লমদে।"

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা চিত্তরঞ্জনদা অফবা গুণ কয়ামরুম লৈরম্মি। লৌশিং, থৌনা, থৌজাল, মরৈবাকী সেবা তৌনিংবা পূন্নমক অসি মঙোন্দা লৈরম্মি। লু হেন্না লৈবা হায়বা অসি মানা য়াম্না পামজরম্মি। মতম পুন্নমক্ত কে মৌনা লৈরম্মি। মানা মতম চেকশিন্না শিজিন্নরম্মি। কারগুম্বদসু অরেম্বদা মাংহল্লমদে। মাগী কা অদু য়াম্না লুনা থম্লম্মি। লাইরিক লাইশু পুন্নমক মফম চানা চানা থম্লম্মি, মাগী কাদা চংলুবা মী পূন্নমক পুক্লিংদা হরাওবা পোক্লম্মি।

চিত্তরঞ্জনগী থোক্টদোকপা গুণ অমনা মাগী শক্তমনি। মাগী মোমোন নোকপা মাইথোং অদুনা অউবা মী থুদিংগী পুক্লিংদা

শুঙ্কাৎলম্মি। যতীন্দ্রনাথসিং মাগী তম্মিন্নবা ছাত্রনি। মানা চিত্তরঞ্জনগী মরিদা ইরি —"ঐখোয় অনি লোযননা তম্মিন্নরম্মি। মতম অদুদা ঐদি লম্বাইগী অঙাং ওইরম্মি। ঐনা চিত্তরঞ্জন দাসকা তিন্নবদা ঈকাইবা পোক্লম্মি মাদি স্কুল কারকপা মতমদস্ন গাড়ীদা লাক্লম্মি। মতম পুম্নমক্তা অঙাং মরি মঙাগা লোয়নদুনতা লৈরম্মি মাবু শেন্নবা মুপা অমন' মাগী ল'ইরিক থিল্লক্লম্মি। ঐনা মঙোন্দা ব্রা হাযবা পান্নম্মি অদুবু হায়নবা থৌনা লৈরমদে। মাগী লৈরাংগুম শাৎকাইরবা মাইথোং অদু উরগা ঐনা খল্লম্মি, মাগা ব্রারী-ব্রাতাই শারবদি কয়াদা নুঙাইগবা। ঐনা মাগা ব্রারী শাননবগী তাঞ্জা যেংদুনা লৈরম্মি। নোংমদি মহাক মশামক ঐগী ইনাক্তা লাক্লে। মানা হায়রম্মি—মরূপ। নং নথন্তা লৈবা পান্নিবা করিগীনো? করিগী ব্রা ঙাংদ্রিবনো? করি ঈকাইরিবনো? মুমিৎ অদুদগী ঐখোয় অনি অমগা অমগা মরুপ ওইখ্রে। পুন্সিচুপ্তা ঐখোয় অনি মরুপ অদুম ওইখ্রে।"

য়েংউ অঙাংশা! অ'সগুম্বা অফাওবা গুণশিং অসিনা চিত্তরঞ্জননা অদুক য়াম্না ফাওরবা মুপা অমা ওইবা ঙমখ্রিবনি।

চিত্তরঞ্জন দাস অফাওবা উকীল অমা ওইরম্মি। মহাক্না উকীল ওইদুনা অঙকপা ফংনা শেল তানশিনখি। মানা তানবা শেল পুম্নমক লৈত-লাইর অমসুং লৈবাক্কী সেবাদা কৎথোকখি। মহাক অফাওবা উকীল অমা ওইথি অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদদি মহাক্কা উকীলগী থবকপু তুকচরম্মি।

চিত্তরঞ্জনগী মপল অমা লৈরম্মি। মাগী মমিং দুর্গামোহন কৌরম্মি। নোংমা মানা চিত্তরঞ্জনবু কৌরগা হংলম্মি—"চিত্তরঞ্জন নং লাইরিক তম্বা লোঞরগা করি তৌগনি ?" চিত্তরঞ্জনমা খুমম্মি "করি তৌগদগে হায়বা ঐ খঙবা ঙমদে তৌইগুম্বমুং উকীলদি ওইরোই।"

মপলনা অমুক হংলকলম্মি—"করিগীদমক উকীল ওইবা পামদ্রিবনো ?" চিত্তরঞ্জননা খুমম্মি—"মরমদি উকীলশিং অসি হুরানবনি।"

"অদু ওইরবদি নংগী নপাম্ব হুরানবা ওইবা তারে। মরমদি মাম্ব উকীলনি।"

"মদু ঐ খঙবা ঙমদ্রে" চিত্তরঞ্জননা খুমম্মি।

— — —

# জৱা'হৱলাল নেহৱু

অঙাংশ নখে'যনা জৱাহৱলাল নেহৱুগী মমিং তাৱৱিগনি। মহাক ঐখোযগী হিন্দুস্থানগী থোংদোক্লা ফাওৱবা লুচিংবা অমনি। ঐখোযগী লৈবাক্কী নুপী, অঙাং, অহল পুম্নমক্ন মাগী মমিং শোন্নৱি। মৱমদি মানা লৈবাক্কা সেবা যাম্না তৌৱম্মি মাগী পুন্সি অসি লৈবাক্কী অমদি মযামগী সেবাগীদমক কথোকখ্রবনি। মহাক ভাৱতকী প্ৰধান মন্ত্ৰী ওইৱম্মি। জৱাহৱলালনা লৈবাক্কীদমক তৌখিবা সেবা অদু কনানম্ন শিংথাবা লোইবা ঙম্ব নত্তে।



জৱাহৱলাল নেহৱুনা ঐখোযগী ভাৱতকীদা নত্তনা পৃথিৱীদা লৈৱিবা লৈবাক অমম্নুং মা পুন্নাক্কীদমকম্ন নুংঙাইনবা খনখি। মৱম অসিনা মহাক পৃথিৱীগী অফাওবা নীশিংগী মনুংদা অমনি। মানা পৃথিৱীগী শান্তি ওইনবগীদমক তৌখিবা থবকশিংগীদমক পৃথিৱী পুম্নমক্না মাবু নুংশিনৱি।

নখোয়না মথক্কা পণ্ডিত মোতীলাল নেহরুগী মরমদা পাখ্রে। মোতীলাল মরৈবাক নিংবা ; মীগী সেবা তৌবা পাম্বা মী ওইরম্মি। মমিংজেল মথৌনা লৈবগীদমক্তদি থোইদোক্কা মমিং চৎলি। মোতীলাল য়াম্না ফাওবা উকীল অমা ওইরম্মি। মহাক্না উকীল অমা ওইনা অঙকপা ফংনা পৈসা তানশিনখি। মহ ক্না নিংথৌশিংগী মতৌগুম্না য়াম্না কে-মৌনা অমসুং মুংঙাইনা লৈরম্মি। মমৈথংদা মহাকী নিংথৌগী মতৌগুম মুঙাইরবা পুন্সি অদু থাদোক্তুনা লৈবাকী সেবাদা পুন্সি কথোকতুনা লম্বোইবগুম চম্না পুন্সি লেনখি।

ঐখোয়গী জৱাহরলাল নেহরু অসি হায়রিবা মোতীলাল নেহরুগী মচানি। কৈনা তোকপা পোকপা হৌনদে হায়নবগুম্না জৱাহরলালসু মপাগুম্না গুণ চেনবা মীনি ঈনাকখুনবা অমসুং অচৌ-অশাং ইমুংদা পোকপা ওইবনা জৱাহরলাল নেহরুনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না কে-মৌনা লৈরম্মি। নিংথৌগী মচাশিংনা লেনবা পুন্সিগুম্না অঙাং ওইরিবা জৱাহরলালনা য়াম্না মুংঙাইনা লৈরক্লম্মি। মতম অদুদা মপা মমাগী অমতা ঙাহজবা মচা ওইননা মনিং তৌনা লৈরম্মি। মাগী য়োকপা-থাকপা অমসুং সেবা-লাংবা তৌনবা মেম মুপীশিং থম্লাম্ম। মখোয়গা লোয়নননা অয়ুক অমসুং মুমিদাংৱাইদা লৈকোন্দা কোয়না চৎলম্মি। জৱাহরলালনা চাউরক্লবদা লাইরিক তম্বিনবগীদমক ওৱা ওইনা সাহেবাশং থম্লখি। জৱাহরলালগী অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সি অাস নিংথৌগী মচাশিংমক্সু ফংঙমদবনি।

নিংথৌগী মচাশিংদগীসু হেন্না মুঙাইনা পুন্সি লেল্লক্লবা জৱাহরলাল নেহরুনা চাউরক্লবা মতমদা লৈবাকী সেবাদা কথোক্লব পুন্সি

অমা ওইনা লেনখি। ঐখোযগী লৈবাক ভারতবর্ষগী মনিংমথা তম্নবা হোৎনবদা অরাবা কযা মাযোক্লখি অমসুং জেলগী চেকপল মমুংদা অরাবা পুন্সি লেনখি। মহাক্না তৌখিবা অচৌব সেবাশিং অসিগী লম্মন ভারত মচাশিংনা অমুক শিংবা ঙম্লোইদবনি। মহাক্কী মপুকচেন চাউবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমসুং লৈবাক্কীদমক তৌখিবা অচৌব সেবাগীদমক ঙসি ভারত মচা পুম্নমক্না মহাকপু নুংশিনরি।

অঙাং ওইরিবা জবাহরলালবু মী পুম্নমক্না নুংশিনরম্মি। মহাক্কী অঙৌবা কুচু অমসুং ককজবা শক্তম উবদা মী পুম্নমক্কী পুক্লিং শুম্মৎলম্মি। মহাকপু হেক উবা মী পুম্নমক্না নুংশিনরম্মি। মমা মপানা যাম্না লুনা তৌরম্মি। ইমুং মনুং মী পুম্নমক্কী শান্নপোৎকুম ওইরম্মি।

চহি খুদিংগী মে তালাল নেহরুনা মচানুপা জবাহরলাল নেহরুগী মপোক নুমিত্তা কুম্মৈ অমদি পীজ-পীথক তৌরম্মি নুমিৎ অসিদা অঙাং ওইরিবা জবাহরলালনা চাননবা অথুম অহাও মখল-মখলগী শান্নপোৎ অমসুং অফ অফবা পোৎ-চৈ যাম্না ফংলম্মি। মপোক নুমিৎ অসিদা নহাক্না মযামগী মরক্তা নিংথৌগুম্না যাম্না নুঙাইনা লৈরম্মি। অঙাং ওইরিবা জবাহরলালনা অসিগুম্বা নুমিৎ অসিদা ঙমখৈ লৈতনা নুঙাইজরম্মি। মহাক্না খল্লম্মি নুমিৎ অসি নুমিৎতিগী ওইরবদি কযাদা নুঙাইগদবা।

অঙাং ওইবিবৈদা জবাহরলাল যাম্না শিংলম্মি মাগী চহিগা লোশিংগা যেংনবদা লোশিংনা যাম্না হেল্লম্মি। মীনা বারী বাতাই

শাবা তাবদা মখোয়না করি হাযনৱিবগে হায়বা খঙনৱবা য়াম্না কম্না হোৎনৈ। মাগী মপা মোতীলাল নেহরুগা অতোপ্পা মীশিংগী ৱারী-ৱাতাই শাবা উৱগা মানা পর্দ্দা মরুমদা লোম্না তাৱম্মি। অহল-লম্মন অমম্তুং অচৌ-অশাংশংনা তিল্লৱগা করি করি ৱারী শাবগে হায়বা মহাক য়াম্না খঙনিংলম্মি। করি করিগুম্বদা লোম্না লুমদুনা মীনা ৱা ঙাংনবা তাবগীদমক দগিতুম্তু ফংলম্মি।

নোংমদি জৱাহৰলাল নেহরুনা মাগী মেজ মথকতা ফাউণ্টেন পেন অনিথক লৈবা উৱম্মি। জৱাহৰলালগী অঙাং ওইরিবা বুদ্ধিনা খল্লম্মি পাবুঙগীদমক্তদ ফাউণ্টেন পেন অমা লৈৱগা ওকই। অনি লৈবগী করি কান্নবগে? ৱাখল অসি খল্লদুনা মানা কলম অমা মাগী ফুরিৎখাওদা থেৎচিল্লে! ঙাইহাক লৈৱগা মপানা ফাউণ্টেন পেন অমা মাঙখ্রে হায়না থিবা হৌৱকলে। মপানা মঙোন্দম্তু হংলম্মি অদুবু মানা তাকথোক্লমদে। মানা কলম অদু য়াম্না চেকশিন্না লোৎলম্মি। মমেথংদা জৱাহৰলালনা লৌবনি হায়বা খঙনৱক্লে অমম্তুং মপাগী মমাংদা ফাদুনা পুৱক্লে। ফাউণ্টেন পেন হুৱাল্লবগীদমক মপানা মাবু য়াম্ন ফুৱে।

জৱাহৰলালনা মানা তৌরুরিবা থবক অসি অৱানবনি হায়না খঙলক্লবদা মথৱাই যাম্না মুংঙাইৱমদে মাগী মৱালগীদমক মপানা ফুবা অদু মহাক থোইনা শাওনিংলমদে। হান্নদগী হেন্না মপাগী মফমদা মুংশিবা অমম্তুং ভক্তি লৈৱম্মি। অওইবমক জৱাহৰলালদি, অঙাং ওইরবম্তু বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না চংখোলম্মি।

জবাহরলালদি ঈনাক য়াম্না খুনবা ইমুংদা পোকপনি। মাগী করিগুম্বা মখল অমগী অবাংপা লৈরমদে। মাবু শেন্নবগীদমক মেম নুপী কয়ামরুম লৈরম্মি। মখোয় অদুনা মহাকপু পীজরম্মি, পীথকলম্মি অমসুং গাড়ীদা হাপতুনা ইন্দ্রনা পুরম্মি। মাবু লাইরিক তম্বিনবা ওঝা অমসু থম্লম্মি। ওঝা অসিসু সাহেবনি। ওঝা অসিগী মমিং মিষ্টর এফঃ টিঃ ব্রুক্স কৌরম্মি। ওঝা অসি য়াম্না পুকচেল চাউবা মীনি। মানা য়াম্না চম্না পুন্সি লেল্লম্মি। মানা জবাহরলালগী অভাং ওইরিবৈগী পুন্সিবু শেম্বদা অচৌবা শরুক অমা য়ারম্মি।

জবাহরলাল নেহরু য়াম্না অভাং ওইনা ইংলণ্ডদা লাইরিক তম্বা চৎলম্মি। মহাক্না মকম অদুগী অফাওবা স্কুল হীরো হায়বা অদুদা তম্লম্মি। স্কুল অসিদা অচৌ-অশাং অমসুং নিংথৌগী মচাগুমবা ভাক্তা তম্লম্মি। মতম অসিদা নহা ওইরিবা ছাত্র অমা ওইরবসু মহাক্না সমাজগী অমদি রাজনীতিগী মরমদসু য়াম্না থিজিল্লম্মি। মতম অসিদা ইংলণ্ডদা ইলেক্সন তৌরম্মি। নোংমা ছাত্রশিংদা মফম অদুগী অনৌবা মিনিষ্টরশিং অমসুং ইলেক্সনগী মরিদা বাহং কয়ামরুম হংলম্মি। ছাত্র পূম্নমক পাওখুম পীবা ঙমদ্রে। জবাহরলালগী পালী য়ৌরক্লে। মহাক্না ইলেক্সনগী মরিদা অমদি মিনিষ্টরশিংগী মমিং অমতা চিৎথদনা পাওখুম পীরক্লে। জবাহরলালগী হৈ-শিংবা অমসুং রাজনীতিদা থরাই য়াওবা অসি উবদা ওঝা ইবুংঙোনা য়াম্না হরাওরম্মি।

রাজনীতি হৈবগীদমক সংসার পূম্বদা মমিং চংখিবা মুপা জৱাহরলাল নেহরু অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা রাজনীতিদা হৈনরক্লব'দ।

জৱাহরলাল নেহরুনা ইংলণ্ডদা ছাত্র অমা ওইনা লৈবা মতমদা মফম অতুদা ময়াম তিন্নবা মিটিংনটিংবা তৌবদা মফম অতুগী মীশিংনা ঙাংনবা তারম্মি, মতুদি হিন্দুস্থান হায়বা অসি ঐখোয়গী মীনাইনি। লৈবাক অসি ঐখোয়গী ইপা ইপুনা জয় তৌতুনা লৌরম্বনি। লৈবাক অসিদগী ঐখোয়গী ওঈজ-ওইথক য়াম্না ফংই। মরম অসিনা ঐখোয়না থরাই থাদুনম্ম হিন্দুস্থানবু ঐখোয়গী ইথা পোলহন্দুনা থমগদনি। অসিগুম্বা ৱাঙাং অসি তাবদা নহা ওইরিবা জৱাহরলালগী থংম্মায়দা অশাওবগী মৈরি হৌরক্লম্মি। মানা খল্লম্মি—ব্রিটিশ সরকারগা মাইয়োক্নদুনা ভারতপু মনিং-মখা তমহনগদবনি। মরৈবাক্কী সেবাদা পুন্সি কৎলগদবা মুপা অমনা মরৈবাকপু মীরৈবাক মচাশিংনা থীনা হায়বা অমসুং উশিত্তবা ৱাঙাং ঙাংবা অসি করম্না থাঙবা ঙমফম থোকপগে?

জৱাহরলাল নেহরুনা অঙাং ওইরিঙৈগী ৱানি। মাগী মপান্না পোকপা ময়াম্বশিং লৈরম্মি। মখোয়গী মাচন্দগী তারম্মি, মতুদি—সাহেব মচাশিংনা ভারত মচাবু য়াম্না থীনা তৌই। রেলদা মখোয়গীদমক ডাবাশিং রিজার্ব তৌদুনা থম্লম্মি। ফমফম চন্দ্রবসু মখোয়না তোংলিবা ডাবা অদুদা ভারত মচাশিংবু চংহল্লমদে। করিগুম্বা মখোয়না পামলবদি ভারত মচাশিংনা তোংলিবা ডাবা

অহুদা চঙহুনা নমহুনা তোংই। অসিদসু নত্তনা মযামগী ওইবা লৈকোম্মচিংবদসু মখোয়গী ফম্বগীদমক বেঞ্চ তোঙাম্না থাহুনা থম্লম্মি।

অঙাং ওইরিবা জবাহরলালনা সাহেব মচাশিংগী অসিগুম্বা মী উশিত্তবা শাজংকী রা তারগা মপুক্লিংদা যাম্না নুঙাইরমদে। মতম অসিগী শাসন পুরিবা বৃটিশ সরকারনা যাম্না মীচং সঙ্গন নাইরাম্মি। কনাগুম্বা সাহেব মচা অমনা ভারত মচা অমবু হাংলবদি মহাকপু জুর্মানা তৌরগা অকনবা দণ্ড পীবা তৌদনা থাদোকখি। কনাগুম্বা ভারত মচানা সাহেব মচাবু যৈব, চৈবনচিংবা তৌবগী পাও তাবগা জবাহরলালনা যাম্না নুঙাইজরম্মি। মাগী মপান্না পোকপা মযাম্বশিংগী মরক্তা অমদি যাম্না ঙাওরম্মি। মানা অয়াম্বা মতমদা সাহেব মচাশিংগা খংনরম্মি। মসি মানা পামসু পাগজরম্মি।

জবাহরলালনা অংগ্রেজ জাতিবু তুকচরমদে; তৌইগুম্বসুং মখোয়বু সম্মান তৌরমই। মহাক্না যাম্না শাওনিংবা অমসুং নুঙাইতবদি ভারত মচাবু ওং নৈরিবা মীশিং অহুবুনি। মরুওইনা ভুংদা পৃথিবী পুম্বগী শান্তি পুরক্কবা হোংনগদৌরিবা অমসুং জাতি পুম্নমক্কী চাউখংপা, নুঙাইবা পাম্লগদৌরিবা মী অমনা করম্নম্না জাতি অমবু তুকচগদগে?



# সর্দার বল্লভ ভাই পেটেল

গুজরাতকী করমখদ হায়বা লবাইদা শ্রীঝবের ভাই কৌবা মুপা অমা লৈরম্মি। মগাক অসি মশা মট্ট ফবা অমসুং মরিংজেল মথৌনা লৈবা মীনি। ভারতকী নিংতম্বগী অহানবা লানফম খৃষ্টাব্দ ১৮৫৭ কী আন্দোলনদা মহাকসু শরুক যারম্মি। হায়রিবা লানফম অসিবু ভারতকী ইতিহাস সিফাই লানহৌ হায়না খঙনৈ। সিফাই লালহৌগী মতম অসিদা অকনবা শরুক যাদুনা মহাক্না অরাবা কযা খাঙখি। মতম অসিদা মহাক্না ঝান্সীগী চৌংগী লমদমদা কোইচৎ চৎতুনা লৈরম্মি। মতৌ অসুন্না মহাক চহি অহুম চুপনা মযুম থাদোক্তুনা চৎখিরম্মি। মতম অসিদা ময়ুমগী মীনা মহাক কদাইদা লৈবগে হায়বা ফাওবা খঙলমদে।

ঝবের ভাঈ ঈশ্বরবু যাম্না নিংবা মীনি। অযাম্বা মতমদা ঈশ্বরগী পূজা পাঠ তৌদুনা মতম লেল্লম্মি। মশাগী চহি য়াথেমগা শুরবা তুংদদি নোংমগী মন্নুংদা অমুক্তং ময়ুমদা চাক চাবা হল্লি। অতৈ মতম পুম্নমক্তদি ঈশ্বরগী পূজাদা লুপ্তুনা লৈ। মহাক মশা মউ যাম্না ফরম্মি। নোংমগী চেং অমসুং চনান খুয়ামুক চারগা মতম লেনবা ফাওবা ঙম্লম্মি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী ফাওরবা লুচিংবা সর্দার বল্লভ ভাই পেটেল অসি হায়রিবা ঝবের ভাঈগী মচানি। মপাগী মতৌগুম্না মহাকসু মরিংজেল মথৌনা যাম্না লৈনা মীনি। মহাক করিগুম্বা মতমদা অকি-অখঙ লৈরমদে। খুদোং থীবা অরাবা কয়াগা মাইয়োক্নবদা

মহাক নিংহৃম্ববা লৈরমদে। অবাবা কযা লাক্লবদা মোমোন মোক্কুনা মতুম মরৈ। মহাক্না মরৈবাক্কী সেবাদা মপুন্সি কথোকখি। ভারতকী নিং তম্ববা হোৎনবনা মাগী পুন্সিগী লাইনিং ওইখি। মরৈবাক্কী নিং-তম্ববা হোৎনবদা জেলগী চেকপল মন্নুংদা কযারক হুন্না লৈখি। মহাকপু মহাত্মা গান্ধীজীগী য়েৎথংবা পাম্বোম্মি হায়না খঙৈ।

ঐখোযগী লৈবাক্কী লুচিংবা বল্লভ ভাই পেটেল অসি লৱাইদা পোবপনি। মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিসু লৱাইদা লেল্লম্মি। মপানা মহাকপু লাইরিক লাইশু নিংথিনা তমহন্নিংলম্মি। পেটেলনা সুম্নিৎ খুদিংগী মপাগী মতুং ইন্দুনা লৌবুক্তা চৎলম্মি চৎনা চৎনা মপানা মাবু চিনফানা শংপলাক তম্বিরম্মি। পেটেল বুদ্ধি লৌশিং যাম্না ফরম্মি। মপানা হায়বা অদু মহাক্না চিনফা পুরম্মি। মতম থরনিদগী মন্নুংদা লাই রক লাইশু ফবা অঙাং অমা ওইরক্লে।

পেটেলগী মমা মপাদি যাম্না চন্না পুন্সি লেল্লম্মি। মহাকসু অঙাং ওইরিঙৈদা অহল্লমনশন্না যাম্না চন্না লৈরম্মি। মরিংজেল মথৌনা লৈবগীদমক পেটেল সুম্নিং চৎলম্মি। অঙাং ওইরিঙৈদসু মান্না কনাবুসু কিরমদে। মাগী থৌনা অমসুং ।কগন্দবা মতৌ অসি উবদা মপাসু করি করিগুম্বদা যাম্না ঙক্লম্মি। অপিকপা ওইরবসু অচৌবনা ওইরবসু কারগুম্বা মানা হায়রকপদা চপ চাবা পাউথুম পীদনা মহাক খক তোল্লমদে। মাগী মতৌ অসি উবদা কনা কনাগুম্বনা শাওরম্মি।

সদার বল্লভ ভাই পেটেল স্কুলদসু কিগন্দবা ছাত্র অম ওইরম্মি। মরম চাদনা ওঝাশিংবু খক কিরমদে। মরক মরক্তা ওঝাশিংগসু

খংনরম্মি। মহাক লাক্লবদা ক্লাসকী ওঝানা যাম্না য়ারম্মি। মহাক যাম্না ভাওবা ছাত্র ওংরবস্থ লাইব্রিদা যাম্না করম্মি।

মতম অদু মহাক নডিয়াদকী স্কুল অমদা তম্মি। স্কুল অসিগী ওঝা অমগা মাগা মোন্দা যাম্না তিন্নরমদে। হায়রিবা ওঝা অসি স্কুলদা লাইব্রিক য়োল্লমই। পেটেলনা ওঝা অসিদগী লাইব্রিক লৈকনু হায়না মমান্নবা ছাত্রশিংদা ইনশিনবা হৌরে। ছাত্র মযাম অমতা



ওইখ্রে। মখোযনা হেড মাষ্টরদ হায়বম্মি—ওঝা অসিনা স্কুলদা লাইব্রিক য়োনবা তোকত্রিবা মখে ঐখোয় স্কুল কাম্নোই অস্তাং পুম্নমক স্কুল কাখিদ্রে। মুনিৎ মঙানি তরুক্তি ফাওবা স্কুল লেপ্লে।

মমৈথংদা ছত্রাশিংনা ভয়রতুনা ষ্ট্রাইক লেপথ্রে। তুংদা রাজনীতিগী লুচিংবা ওইরগদবা ছাত্র অমগী খুজিন থোরাংনি। মহাক্কী থবক্না মহে য়াম্দবা হৌনবরা ?

মমৈথংদা বল্লভ ভাঈ পেটেলনা নড়িয়াদকী স্কুল থাদোকখ্রে। মহাক হৌজিক্তি বড়োদাগী হাঈস্কুল অমদা অমুক মিং চনশিনখ্রে। স্কুল অসিদস্থ ওঝাশিংগা য়াম্না কন্না খৎনখি। বড়োদাগী স্কুল অসিদা ছোটেলাল কৌবা ওঝা অমা য়াওরম্মি। মহাক্না গুজরাতী লোল তম্বিরম্মি। ওঝা অসি সংস্কৃত লোলবু যাম্না নুংশিবা মীতানি সংস্কৃত পাদোক্লগা গুজরাতী তম্বা ছাত্রশিংবু ওঝা অসিনা য়ামনা শাওরম্মি। বল্লভ ভাঈ পেটেলদি সংস্কৃত য়াম্না হৈনরমদে। মরম অসিনা মহাক্না নাড়িয়াদ স্কুল থাদোকতুনা বড়োদাদা তম্বা মতমদা সংস্কৃত পাদোকখ্রে। মহাক হৌজিক সংস্কৃতকী মহুত্তা গুজরাতী লৌরে। ওঝা ছোটেলালদি অসিগুম্বা সংস্কৃত লৌদবা ছাত্রবু য়াম্না তাথিরম্মি। নোংমা মাগী ক্লাসতা চংলকপদা ওঝা অসিনা পেটেলদা করেমনতুনা হায়রম্মি – লেংশিল্লকউ মহাপুরুষজী, কদোমদগী লেংঙাল্লবনো ? সংস্কৃত লোল খণ্ডনা গুজরাতী নিংথিনা খণ্ডবা ওমদে হায়বা অদোমদি খণ্ডবিদমাল্লে।

ওঝানা খল্লম্মি– মাগী বা অসি পেটেলন তুমিন্ন তংগনি। পেটেলদি মীনা হায়রিবা মখে তুমিন্না তাবা ছাত্র ওইরমদে। মহাক্তি করিগুম্বদস্থ মীনা বাহৈ মথক থংবা যারমদে মহাক করিগুম্বদা মখল অমগী অকিবা লৈরমদে। মরিংজেল মথৌনা লৈবগীদমক মাবু য়োংনা শাবা মীনি হায়নে। ওঝাগী বা অসি তারগা চাইহা ক্ক

ছুমিন্না লৈরম্মি। মনৈথংদা অকিনা লৈতনা খুমল্লম্মি ওঝাবু ঐখোয় য়াওনা সংস্কৃত তমখৎলক্লবদি ওঝাখোয মতৌ করম্না তম্বিগদগে ?

বল্লভ ভাঈ পেটেলগী পাওথুম অসি যাম্না কনবা পাওথুম্নি। মাগী য়া অসি ওঝাগী থম্মোইযনা যুথিরম্মি। মতম থরগী তুংদা ওঝাগা ছাত্রগা চাননা শাওনবে। য়াফম অসি হেড মাষ্টরগী মন্নাক য়ৌনরে। হেড মাষ্টরনা বল্লভ ভাঈবু থোইদোকপা অকনবা য়া হায়দনা অদুম থাদোক্লে। মমিৎ খরনি লৈরগা অতোপ্পা ওঝা অমগা অমুক খ নবক্লে। হন্দক্তি মহাকপু স্কুলদগী তাম্থোকখ্রে।

বল্লভ ভাঈ পেটেল অসি কিগন্দবগীদমক মমিং চৎলি। ঐখোযগী লৈবাক্কী অফাওবা লুচিংবশিংগী মরক্তা মহাকপু খাইদগী হেন্না কিগন্দবা অমসুং খোংনা লৈবনি হায়না খঙলে। মহাত্মা গান্ধীজীনসু মহাকপু যম্না থাজনা অমসুং লুনা তৌরম্মী। মহাকপু গান্ধীজীগী যেংথংবা পাম্বোম্নি হায়না হায়বনৈ।

বল্লভ ভাঈ পেটেল অসি সংসার অসিদা লৈত্রে। মহাক্না লৈবাক্কীদমক অফবা থবক কয়া কয়া তৌরম্মি। মরম অসিনা ভারত মচা পুম্নমক্না মহাকপু ওাস ফাওবা কাওবা ঙম্লত্রে। অমগা নখোয়সু অসিগুম্বা অফাওবা মহাপুরুষশিং অসিগী পুন্সি নিংশিংবা পাও। মখোযগী পুন্সিদগী নিংথিবা পান্ডাক লৌদুনা নখোয়গী পুন্সি শেমগৎলু। অদু ওইরবদি নখোযসু মীশান্নবা ওইবা মী অমা ওইরদনা ওইবা ঙমগনি

— — —

# রাজেন্দ্র প্রসাদ

বিহারদা সারন কৌবা জিলাগী জীরাদেই হায়বা খুন অমদা মহাদেব সহায় কৌবা নুপা অমা লৈরম্মি। মহাক অসি য়াম্না খোজাল হৈবা মীনি। লৈত-লাইরগী সেবা তৌবদা মপুক্লিংদা য়াম্না নুঙাইবা পোকচরম্মি। মহাক্না হিদাক লাংথক লৈরগা লাইরবা অনাবশিংদা য়েল্লম্মি।

মহাদেব সহায়গী নুপীম্না যাম্না পুকচেল চাউবীনি। মখোয়গী খোংজিন্দা লেপ্লবা মী অমত্তবু মখুৎ হাংনা হলহল্লমদে। মহাকম্না মপুরোইবগী মতৌগুম্না লৈত-লাইরগী মতেং পাংব' যাম্না পামজরম্মি।

ঐখোয়গী ফাওরবা রাজেন্দ্র প্রসাদ অসি মহাদেব সহায়না পোকপনি। রাজেন্দ্র প্রসাদ পুবচেল য়াম্ন' চাউবা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপা মীনি। মহাক য়াম্না চম্বা অমসুং মপুকচেল তিংবা মীনি। অসিগুম্বা নুপা অসিনা ভারতবর্ষগা 'নংতমনবা হোৎনবদা অনাবা কয়াগা মায়োক্নখি। অওইবমক মাগী পুন্সি অসি লৈবাক্কী সেবাদা কৎথোক্লবা নুপা অমনি।

রাজেন্দ্র প্রসাদ অসি লাইারক লাংগুদা য়াম্না থবাই য়াওবা মীনি। মহাক বুদ্ধি লৌশিংসু য়াম্না চংখোল্লম্মি। তমলুবা স্কুল খুদিংদা মাংনা খাইগী মকোক ওইরম্মি। পরীক্ষা খুদিংদা ইত্তৎ-তগুনা মনা ফংলম্মি। মাগী বুদ্ধি লৌশিং ফবা অসি উবদা কবি কবিগুম্বদা ওঝাশিংনা য়াম্না ঙক্লম্মি। এন্ট্রেন্স পারীক্ষাদা বঙ্গাল,

বিহার, আসাম, উরিষ্যা অমসুং বর্ম্মাগী ছাত্র পুম্নমকী মকোক্তা মহাক্না পাস তৌরম্মি। এফ. এঃ পরীক্ষাদা বাঙ্গালী ছাত্রশিংনা মহাকপু মাইথিহন্নবা য়াএনা কন্না হোৎনখি তৌইগুম্বসুং রাজেন্দ্র প্রসাদতি মাইথিবিবা ছাত্র ওইরমদে।

রাজেন্দ্র প্রসাদকী ওঝা রসিক লালনা মঙোন্দা চেকশিন্নবগী-দমক হাযরম্মি—যেংউ রাজেন্দ্র। কলিকতাদা বাঙ্গালী ছাত্রশিংনা নংবু পরিক্ষাদা মাইথিবা পীনবা হোৎনরকনি। নংনা যাম্না চেকশিন্না থরাই যাওনা পাগদবনি। রাজেন্দ্র প্রসাদনা মাগী ওঝাগী বা অসি থক কাওথোক্রমদে। মানা থরাই যাওনা হোৎনরম্মি মরম অসিনা এফঃ এঃ পরীক্ষাদা খ্বাইদগী মকোক থংনা পাস তৌরম্মি।

রাজেন্দ্র প্রসাদনা পরীক্ষাদা মকোক ওইবগী বৃত্তি ফংলম্মি। সনাগী মেদল কযামকুমসু ফংলম্মি। রাজেন্দ্র প্রসাদনা কলেজ তম্বা মতমদ সার জগদীশচন্দ বসু অমসুং ডাক্তর প্রফুল্লচন্দ্র রায়সু প্রোফেসার ওইরম্মি। হাযরিবা মী অনি অসিনসু বুদ্ধি ফবগীদমক রাজেন্দ্র প্রসাদপু যাম্না লুনা তৌরম্মি। ডাক্তর প্রফুল্লচন্দ্র রায়না করিগুম্বা মফম অমদা ইখি রাজেন্দ্র প্রসাদ হাযবা অসি ওঝা-শিংনা কাওথোকপা ঙমদবা ছাত্রশিংগী মনুংদা অমনি।

রাজেন্দ্র প্রসাদনা ছাত্র অমা ওইবা মতমদা লাইরিক্তা পাত্তনা লৈরমদে। মানা পাবা মতমদা পারকসু শান্নবা মতমদা শান্নে। ফুটবোল শান্নবা ফবা ছাত্রশিংগী মনুংদা রাজেন্দ্র প্রসাদসু মনুং চল্লম্মি। মহাক্কী অসিগুম্বা অফবা গুণশিং অসিনা ঙসি লৈবাক্কী অচৌবা মী অমা ওইবা ঙম্নরিবনি। মাগী মপুকচেল চাউবা,

[illegible] নিংবা অমস্তুং মীওইবগী সেবাদা কখোল্লবা পুন্সি ওইবনা [illegible]কপু ভারতকী রাষ্ট্রপতি ওইনা ময়াম্না ঈকাই খুম্নবা উংখি।



রাজেন্দ্র প্রসাদ লাইরিক তম্বদা যাম্না থরাই য়াওরম্মি।
[illegible] য়াওরুবা পরীক্ষা খুদিংগী মকোক ওইরম্মি। মমাঙবশিং[illegible]

মাবু খক তানবা ফংলমদে। পরীক্ষাদা মকোক ওইবগীদমক মনা ওইনা লাইরিক কযা ফংলম্মি। চহি খুদিংগী বৃত্তিসু ফংলম্মি।

এন্ট্রেন্স পাস তৌরনা মতুংদ মহাক কলিকতাদ চৎখ্রে। চহি অনি তম্লবা তুংদা বীঃ এ° যৌখ্রে। বীঃ এঃ দা এডিসনেল সবজেক্ট ওইনা লৌনবগীদমক ভারতকী লোল কযামকম লৈরম্মি। মখোযগী মরক্তা হিন্দী লোলসু অমনি। তৌজিক ফাওব রাজেন্দ্র প্রসাদনা ইংলিশকা লোইননা আরবী অমসুং ফারাসী লোল তম্লক্লে। হিন্দীদি তম্লকত্রি। মহাক্না হিন্দী তম্নিংলক্লে মরমদি ভারত পূম্বগী ওইবা য়াবা লোল অমনি হাযবা খল্লুবদা হিন্দীবু যাম্না নুংশিরম্মি।

রাজেন্দ্র প্রসাদনা বীঃ এ দ তম্লনবগীদমক করম করম্বা বিষয় লৌগদগে হাযনা খল্লম্মি। মহাক হিন্দী খণ্ডলমদে অমসুং তম্লক্তে। অসিগীসু মথক্তা মান তম্লিবা কলেজ অসিদা হিন্দী তমবিনবগী থৌরাংসু তৌরমদে। নানা ভারত অপূম্বগী রাষ্ট্রভাষা ওইরক্কদৌরিবা লোল হিন্দী অসিবু যাম্না নুংশিরম্মি। য়াম্না খল্লবা মতুংদা বীঃ এঃ দা হিন্দীবু বিষয অমা ওইনা লৌগে হাযনা লেপ্লে।

রাজেন্দ্র প্রসাদকী বা অসি তারগা মমাম্নবশিংনা হায়রম্মি - নংদি হিন্দী খণ্ডদে, অদুগীসু মথক্ত কলেজদা 'হন্দী তম্বিনবগী থৌরাংসু লৈতে। কিবম অসিদা নংন মতৌ করম্না বী. এঃ দা হিন্দী লৌতুনা পরীক্ষা যাওগদৌরিবনো' রাজেন্দ্র প্রসাদনা খুম্মম্মি— "হিন্দী লোল হায়বা অসি ঐখোয়গী ভারত অপূম্বগী ওইবা লোল অমনি। ঐনা মসিবু বীঃ এঃ দা বিষয় অমা ওইনা শোয়দনা লৌগনি অমসুং পাসসু শোয়দনা ওইবা ঙমগনি।"

রাজেন্দ্র প্রসাদনা হিন্দীবু বিষয় অমা ওইনা লৌদুনা পাখা হৌরক্লে। অহানবদদি মহাক য়াম্না রানা থোক্লম্মি। অতুবু মানা নিংহন্নবা নৈতনা হোৎনরম্মি। মমৈথংদদি মতোন্দা অরুবা বিষয় অমা ওইরকত্রে। পরীক্ষাদসু য়াম্না নিংথিজনা পাস তৌরে। মমান্নবা ছাত্রশিং অমসুং ওঝাশিং পুম্নমক্না মাগী বুদ্ধি লৌশিং চংথোনবা অমসুং মরিংজেল মথৌনা নৈবা অসি উবদা য়াম্না ঙক্লখি।

মথরাই য়াওনা হোৎনবা কনবা ছাত্রশিংদা অরুবা বিষয় অমতা নৈতে। মরম অসিনা অঙাংশা নখোয়সু লাইরিক তম্বা অমসুং পাবদা য়াম্না পুক্নিং চংউ। হোৎপু হোৎনরবদি নখোয়না শ্রুদবা অমসুং হৈতবা করিসু নৈরোই।

রাজেন্দ্র প্রসাদ মরম ওকপা, লাইরিক্তা মথরাই য়াওবা অমসুং কিদন্নবা য়াবা ছাত্র অমা ওইরম্মি। মানা মতম যাম্না কুপ্না শিজিন্নরম্মি। করিগুম্বদসু অরেম্বা থবক তৌদুনা মতম মাংহল্লমদে। লাইরিক পাবা মতমদা পুক্নিং য়াম্না চংই অমসুং শান্নবা মতমদা শান্নে। মহাক্না ময়াম তিন্নবদা লেকচর পীবা য়াম্না পামজরম্মি। মসিগীদমক মানা ছাত্র ময়ামগী সভা অমা লিংখৎলম্মি। সভা অতুদা চাং নাইনা রা ভাংলম্মি। মানা খবরদা ইবা পাম্লম্মি। মরম অসিনা মরক মরক্তা খবর কাগজদা ইরম্মি।

অচম্বা ফিজেৎ শেৎপা অমসুং চম্না পুন্সি লেনবা হায়বা অসি রাজেন্দ্র প্রসাদকী য়াম্না পামজবা শাজৎনি। কেবা-মৌবা পাম্লমদে। মাগী মাইথোংদা অঙকপা গুণ অমা নৈরম্মি। মাগী চিং-লেম্বা মাইথোং অসিনা মী পুম্নমকী পুক্নিং চিংশিল্লম্মি। নোংমা মী

অমনা মাগী মাইথোং উবদা হায়খি—অঙাং অসি হয়েং চাউরগা শোয়দনা ভারতকী লুচিংবা অমা ওইরগনি।

অঙাংদি নিংথাদা থংই হায়বা অচুনি। চাউরক্লবা মতমদা ভারতকী সেবা তৌবা অমসুং লৈবাক্কী লুচিংবা অমা ওইররিবা অসিনি।

অতোপ্পশিংগী সেবা তৌবা হায়বা অসি রাজেন্দ্র প্রসাদকী পোকপদগী লোয়নরক্লবা গুণ অমনি। ছাত্র ওইরিঙৈদসু লাইব্রিক তন্না তন্না অতাংবা মতম ফংবদ।ময়ামগী সেবা তৌনবা হোৎনৈ। মহাক্না কলিকতাদা লাইব্রিক তম্লবা চৎখিবা মতমদা মফম অতুদা লৈরম্লিবা বিহারী ছাত্রশিং অতুগী ফিবম য়াম্না ফত্‌লমদে। মমাল্লবা ছাত্রশিং অতুগী অৱাবা কোক্লবগীদমক মহাক্না ক্লব অমা লিংখৎখি। ক্লব অসিগী মমিং "বিহারী ক্লব" কৌরম্মি। ক্লব অসিদগী কলি-কতাদা লৈবা বিহারী ছাত্রশিং খুদোং চাবা কয়ামক্লম ফংহল্লম্মি। মতম খরগী মতুংদা রাজেন্দ্র প্রসাদনা লিংখৎপা ক্লব অসি মমিং য়াম্না চৎখৎলক্লে। মমৈথংদদি কলিকতা পূম্নমক শিনবা থুংনা ক্লব অসিগী মমিং তানখি।

রাজেন্দ্র প্রসাদ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মরৈবাক য়াম্না নিংবা মী অমা ওইরক্লম্মি। মাগী মরৈবাক লুংশিবা অসি মশাগী চহি য়ামথৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা অসুম অসুম হেন্‌গৎলকখি। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মীরৈবাক্তা শাবা পোৎ শিজিন্নবা পাম্নদে। মানা হেক ভম্লিবমথৈ মরৈবাক্তা শাবা পোৎ শিজিন্নরম্মি। ঐখোয়গী

লৈবাক ভারতবর্ষদা শাবা পোৎ শিজিন্নবদা মাগী মপুক্লিংদা য়াম্না নুঙাইবা পোক্লম্মি।

রাজেন্দ্র প্রসাদনা কলিকতাদ ছাত্র অমা ওইনা লৈরিঙৈদা সভা অমা লিংখৎখি। সভা অসিনা ইরৈবাক্কী পোৎশিং মযামদা উৎলি অমসুং যোল্লি। সভা অসিনা মযামদ লাওথোক্লাম্ম মতুংদি চহি অমগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ইরৈবাক্তা শাবা পোৎ লৈবা মী অদুদা মনা পীগনি।

রাজেন্দ্র প্রসাদতি মরৈবাক্কী পো-পু য়াম্না নুংশিবা মীনি। মানা সভা অসিদগী পেৎ লৈদ্রনা শিজিন্নরম্মি। মানা মরৈবাক-কীদমক থন্দুনা কলম মচিন ফাওবা ভারতবর্ষদা শাবা থন্দুনা লৈরম্মি। চহি অমা ফারকলবদা হিসাব য়েংনবদা পোৎ লৈবা মীশিংগী মনুংদ মানা খ্বাইদগী হেন্না লৈরম্মি। চহি অনি অদুম ফাওবা সভা অসিদগী ইরৈবাক্তা শাবা পোৎ য়াম্না লৈবা অমসুং শিজিন্নবগীদমক প্রাইজ ইতৎ-তত্তনা ফংলম্মি।

অতাংশ। নখোয়না ঐখোয়গী ভারতকী রাষ্ট্রপতি রাজেন্দ্র প্রসাদনা ছাত্র ওইরিঙৈদা তৌবগুমনা নরৈবাক ভারতবর্ষনা শাবা পোৎ শিজিন্নবা তম্মু ঐখোয়গী ইরৈবাক্কী পোৎ শিজিন্নবদি পৈসা অদু ঐখোযগী লাইরবা ইরৈবাকত অদুম লৈহৌগনি। মীরৈবাক্কী পোৎ লৈরবদি পৈসা অদু মীরৈবাক্তা চৎখি। মরম অসিনা রাজেন্দ্র প্রসাদনা মতম পূম্নমক্তা তরেংনা নাইবা অপোবা মংনা শাবা খদরগী ফি ভাক্তা শিজিন্নরিবা।

---

# সুভাষচন্দ্র বসু

ঐখোয়না মহাত্মা হায়রগা গান্ধীজীবু খঙনবা অসিগুম্না নেতাজী হায়রগা সুভাষচন্দ্র বসুবু খঙনৈ। মহাত্মা ভারতবর্ষগী মনিং মধা তম্নবগীদমক অঙকপা ফংনা সেবা তৌরম্মি। মরিংজেল ফবা, মথৌনা লৈবা অমসুং মবৈবাক নিঙবা মী অমা ওইনা মমা লৈবাকপু অতোপ্পা জাতিনা খোঙনেংনচনা থম্বা অদু মহাত্মা খাঙবা গুম্মদে। মরম অসিনা সুভাষচন্দ্র বসুনা অংগ্রেজ সরকারগী য়েক্নবদা লাল হৌদুনা মথবাই কৎখি অমসুং মতম চাদনা পুন্সি তুমখুল তানখি।

বাঙলা লৈবাক্কী চৌবীস পরগনা কৌবা জিলাদা কোয়ো-লিয়া হায়বা খুল অম' লৈরম্মি। খুল অসিদা বাবু জানকীনাথ কৌবা মুপা অমা লৈরম্মি জানকীনাথ অসি য়াম্না নোম্বা কনবা অমসুং মথৌনা লৈবা মী অমা ওইরম্মি। নোম্বা কনবা অমসুং মথৌনা লৈবগী মপান্না কটকী গভর্ণমেণ্টনা মহাকপু প্রীদম খাপ্পখি।

বাবু জানকীনাথ য়াম্না ধর্ম্ম চেনবা মীনি। মানা লৈচ লাইরশিংগী মতেং যাম্না পাংলম্মি। মহাকুমনা মাগী মুপীশু য়াম্না ধর্ম্ম চেনম্মি। অবা-অনা; লৈচ-লাইরগী মতেং পাংবদা সুখ্তাইবা ফোঙদোকরম্মি। ঐখোয়গী সুভাষচন্দ্র বসু অসি হায়রিবা বাবু জানকীনাথকী মচানি।

মহাক্কী মচিন-মনাও য়াম্না লৈরম্মি। মখোয়মসু লাইমিক লাইশু নিংথিনা হৈবা মী ওইরম্মি। মখোয়গী মরক্তা শরৎচন্দ্র বসু অমসুং সুনীলচন্দ্র বসুগী মমিং শিংথানিঙাইনি।

সুভাষচন্দ্রগী মমা ইবেম্মাদি য়াম্না ধর্ম্ম চেনবী মুপীনি। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা ঈরাং-পূজা তৌদুনা মতম লেপ্লম্মি। য়াম্না খোজাল-হৈবী অমসুং দান ধর্ম্ম তৌবা মুপীনি। সুভাষচন্দ্র বসু অঙাং ওইরিবৈদা মমাগী মনাক্তা ফমদুনা পূজা-লাংজা তৌবা অদু য়েংলম্মি। মমানসু মচা সুভাষতা মখল মখা অয়াম্বা ধর্ম্মগী ৱারী লীদুনা তাহল্লি। ধর্ম্মগী ৱারী-ৱাখোঙ তাবদা সুভাষনা য়াম্না থৱাই য়াওরম্মি। অসিগুম্বা ৱারীশং তাসিনা অঙাং ওইরিবা সুভাষকী পুক্নিংদা অনৌ-অনৌবা ৱাখল কয়া পোকহনখি অমসুং ধর্ম্মবু মুংশিবা পোকখি।

ধর্ম্মগী ৱারী-ৱাখোঙ তারুবদগী সুভাষ য়াম্না চাওলেম্বা ৱাখল হনবা অঙাং অমা ওইখ্রে। মানা অৱা-অনা তারবা মীশিংবু য়াম্না মুংশিরম্মি। লৈত লাইরবশিংগীদমক মপুক্নিংদা কপ্লম্মি। মান্না ঙম্লিবা মথৈ হোৎনদুনা লাইরবশিংগী সেবা তৌরম্মি। সুভাষকী ৱাখল অসি উবদা মপা মমাগী মপুক্নিংদা য়াম্না নুঙাইবা পোক্লম্মি। য়েংউ অঙাংশা। মীনুংশী খঙলবা মুপা অসি মরৈবাক নিংলবা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসুনি নখোয়সু অচৌবা ওইনিংলবদি অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মানুংশী খঙবা তম্মু, অশোন-অনা অমসুং লৈত-লাইরগী সেবা তৌ।

অভাং ওইরিবা সুভাষনা মমাগী মফমদগী রারী তারম্মি। খোইদোক্না রাম কৃষ্ণগী রারী তাবা য়াম্না পামজরম্মি। সুভাষনা রারীশিং তারম্মি অমসুং রারীশিং অসিগী মরমদা মপুক্লিংদা য়াম্না নুঙ্না থল্লম্মি। মহাক্কি বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না চংখোনবা মীনি। মমানা ঈশ্বরগী মরিদা লীবা রারী তারগা মপুক্লিংদা থল্লম্মি—ঈশ্বর হায়বসি করিনো অমসুং কদাইদা লৈবগে? ধর্ম্ম হায়বা অসিনা করিনো? মানা রাহংশিং অসি মমাদা হংলম্মি তৌইগুম্বসুং মমানা পাওখুম পীবা ঙম্লমদে।



সুভাষনা চাউখৎলকপগা লোযন-লোয়ননা ঈশ্বর করিনো? ধর্ম্ম করিনো? হায়বা রাহং অসি তত্তনা পোক্লক্লে। মানা অথঙ অহৈ-অশিংদা রাহং অসি তত্তনা হংলম্মি। হংলুবা খুদিংদা মী পূরমক্

মাজা মানা খোকপা পাওথুম অমমম্ পীরম্মি। পাওথুমশিং অসি তাবদা মপুক্লিংদা অপেনবা পোক্লমদে। মমৈথংদা মিংথিনা পাও-থুম পীবা ভম্বা গুরু অমা থিরগে নিংলক্লে।

সুভাষপু মপা মমানা যাম্না লুনা তৌরম্মি। মরম অসিনা মভিক চাবা গুরু অমা থিনবগীদমক ময়ুম থাদোকে হায়রবদি মক্না মপানা যারোই। নেতাজী সুভাষনা মাকম অসি মপা মমাদা তাক্লমদনা নোংমদি ময়ুম থাদোকতুনা লোম্না চেনখ্রে। মানা মভিক চাবা গুরু অমা থিরগা মভোন্দা লাইমিং লৌতুনা লম্বোইরগে খল্লে।

সুভাষ ময়ুম থাদোকতুনা অতোপ অতোপ্পা মফম কযা-মরুমদা চৎখ্রে। কাশী, মথুরা, বৃন্দাবন, দিল্লী অমসুং গয়ানচিংবা মফম কযামরুমদা কোইকরে। মানা পামজবা গুরু অমতা ফংদ্রে। মানা সাধু সন্ন্যাসী কযামকমগা উনরম্মি। সাধু থরগী মরমচৎ উরুবদগী লম্বোইনিংবগী আশা অত্ৰ থাদোকখ্রে। মহাক ময়ুমদা অমুক হল্লক্লে।

সুভাষনা ময়ুম যৌরকত্রিবৈদা মমা মপানা যাম্না নানরম্মি। মাংকৈ পূম্নমক্তা মহাকপু থিনরম্মি। মফম পূম্নমক্তা টেলিগ্রাম অমসুং টেলিফোন তৌরম্মি। মী কযামকম্না কোইচেৎ চৎতুনা থিরম্মি। মানা ময়ুমদা হল্লক্ত্রিবা ফাওবা কনা অমতনা মাবু থিবা ফংলমদে। সুভাষনা ময়ুমদা হল্লকরবদা মপা মমানা যাম্না হরাওরম্মি।

সুভাষনা ছাত্ৰ অমা ওইনা স্কুলদা লাইরিক তম্মম্মি। মহাক যাম্না পুকচেল চাউরম্মি। লৈত-লাইরবা মীশিংবু যাম্না নুংশিরম্মি। মতম পূম্নমক্তা অথা-অনা তারবা মীগী মতেং পাংলম্মি। লাইরিক

অমসুং মাম্না থরাই য়াওরম্মি, বুদ্ধি-লৌশিং য়াম্না লৈরম্মি। মানা কলিকাতাদা ছাত্র অমা ওইরিঙৈগী মতমগী বানি। মোংঙা মানা পুরীক্সাদা ইংরেজীনা পাওথুম অ-। পীরম্মি। মানা ইবা ইংলিস মমু উবদা পরীক্ষাগী চে য়েংবা ওঝা'ন' য়াম্না ঙক্লম্মি অমসুং হায়রম্মি "অস্তুক য়াম্না ফজবা ইংলিসতি এমকসু ইবা ঙম্মোই।"

স্তভাষনা লাইয়িক তম্না তম্না ময়ামগী সেবাসু তৌরম্মি। মানা মরৈবাকপু সুংশিরম্মি অমসুং লৈবাক্কী সেবা তৌরম্মি। মানা লৈবাক্কী সেবা তৌবা মীশিংগী পুন্সিগী থারী য়াম্না থরাই য়াওনা প্লাম্মি। মতম অসিদা কলিকাতাগী মিরজাপুর ষ্ট্রীটতা আশ্রম অমা লিংখৎলমই। আশ্রম অসি ডাক্তর সুরেশনা লিংখৎপনি। আশ্রম অসিদা পুন্সিচুপ্পা ময়ুম মকৈ পান্দনা লৈবাক্কী সেবা তৌগে হায়বা মী মথৈতা য়াওবা য়ারম্মি।

ছাত্র ওইরিবা স্তভাষনা মরৈবাকপু যাম্না সুংশিরম্মি। মানা আশ্রমগী বা অসি হেক তাবগা চৎখিদুনা মিং চল্লুরে। মানা পুন্সিচুপ্পা য়ুম পান্দনা লৈদুনা লৈবাককী সেবা তৌগনি হায়না বাশিকলুরে। ঙসি ভারতকী মীপুম খুদিংমক্না নেতাজী স্তভাষচন্দ্র বসুগী মমিং তানরি অমসুং মহাকপু সুংশিনরি।

অভাং ওইরিঙৈদগী হৌনা স্তভাষনা মমান্নবশিংগী মকোক্তা থোংনা লাকই অমসুং ময়ামগী লুচিংলকই। মমান্নবা পুন্নমকন্না মাবু ঙকাই থুম্নরম্মি। অতোপ্পা মীনা মমান্নবশিংবু থীনা তৌবা, উন্নিফু-থওইদবা মহাক থা.বা ঙমলমদে। মশাগী অমাঙ-অতোং শিন্নবা, মরূপ-মপাংগী মক্তুং প্লাংলম্মি।

শুভাষনা কলেজগী ছাত্র ওইরিবৈগী মতমনি। মাদা ওইরিবা কলেক অদুদা সাহেব অমা প্রোফেসার ওইরম্মি। প্রোফেসার অসিগী মমিং ওটেন কৌরম্মি। অয়াম্বা মতমদা মহাক্না ভারত মচাশিংবু উশিং থওইরমদে। মাদা থীনা থীনা ত্তৌরম্মি। মতম অদুদা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক ভারত অসি সাহেবশিংগী মখা পোল্লম্মি। ওটেন্না মীথা পোনবা জাতিনি খন্দুনা ভারত মচাশিংবু উশিং থওইদবনি। মাগী অসিগুম্বা শাজৎ অসি সুভাষ অমসুং মাগী মমান্নবশিংনা য়াম্না সুভাইরমদে। সুভাষতি মমান্নবা মরাম অসিগী লুচিংবনি। মখোয়না প্রোফেসারগী শাজৎ অসি থাদোক-হনবা পাম্লম্মি। মীবু উশিন্দ্রবা ওটেননা মাগী ফত্রবা লমচৎ অসি থক থাদোক্লমদে।

ওটেনগী শাজৎ অসি ছাত্রশিংনা খাঙবা ঙম্লকত্রে। মরুওইনা সুভাষতি মরৈবাকপু য়াম্না নুংশিজবা মীনি। মরম অসিনা মমা লৈবাক ভারতপু উশিং-থওইদবা অসি মহাক থক খাঙবা ঙম্লমদে। নোংমদি ওটেননা ছাত্র অমবু য়াম্না থীনা ফুবিরে। ভারত মচা ছাত্রশিংনসু খুদক অদুমক্তদা প্রোফেসার অদুবু ফুদৎলে।

ওটেন সাহেবনা ভারত মচা ছাত্রশিংদা মুকদমা ত্তৌরকলে। ছাত্রশিং অসিগী মনুংদা ঐখোয়গী নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসুসু য়াওরম্মি। মরৈথংদা ছাত্রশিং অসি কলেজদগী তানথোকলকলে। কলেজদগী তান্থোক্লকপগীদমক সুভাষনা কন্নিমত্তা বারমদে। মরমদি থোদোক অসি মরৈবাকী ঊজ্জৎ ঙাক্নবা হোৎনবদগী থোকখিবনি।

ঐখোয়গী লৈবাকী কাওরবা লুচিংবা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু ঙসি সংসায় অসিদা লৈত্রে। মাগী মরৈবাক নিংবগী থারী ঙসি মী পুম্নমক্না লীনরি। ঐখোয়না ফংজরিবা ইনিংইথা তমবগী মুংঙাইবা অসি নেতাজী সুভাষকুম্বা লুচিংবশিংগী মপান্ননি। অঙাংশা নখোয়না লুচিংবশিং অসিগী তৌবিমল থক কাওরোইদবনি, মখোয়গী মতৌ তমগদবনি। মখোয়গী পুন্সিদগী দেশ-প্রেমগী পাওতাক লৌগদবনি। মখোয়গুম্না মীগী সেবা তৌবা তমগদবনি।



# সেঠ জমনালাল বজাজ

ঐখোয়গী ভারতবর্ষদা অফ'ও অফাওবা মী কয়া পোকখ্রে মখোয়না পুন্সিচুপ্পা লৈবাক অসিগী সেবা তৌদুনা মতম' লেনখি মখোয় অদুবু ভারত মচা পূম্নমক্না লৈবাক্কী লুচিংবনি হায়ন, খঙনৈ মী পূম্নমক্না মখোয়বু ঈকাই খুম্নে। অসিগুম্বা অফাওবা লুচিংবশিংগী মন্নুংদা সেঠ জমনালাল বজাজসু অমনি

জয়পুর স্টেটকী লম্বাইদা "কাশীকা বাস" কৌবা খুল অমা লৈ। খুল অসিদা কনীরাম বজাজ কৌবা মুপা অমা লৈরম্মি। মহাক্কী মুপীগী মামংনা শ্রীমতী বিরধীবাঈ কৌরম্মি। মখোয় অনিগী পুন্সি অসি যাম্না নংশা লেল্লম্মি। লাইরক্তরবসু মখোয় মপুকচেল য়াম্না চাউরম্মি। মতম পূম্নমক্তা অরা অনা অমস্তুং লৈত-লাইরবশিংগী মতেং পাংলম্মি। জমনালাল বজাজ অসি হায়রিবা কনীরাম বজাজ অমসুং বিরধীবাঈগী মচানি। মপা মমানা মচা মুপাবু য়াম্না লুনা তৌজরম্মি। খুলগী মী পূম্নমকসু মহাকপু য়াম্না লুনা তৌরম্মি।

মতম অসিদা ৱার্ধাদা সেঠ বচ্ছরাজ কৌবা লল্লোনবা মুপা অমা লৈরম্মি। মহাক্না লল্লোল-ইত্তিক তৌগুনা শেল য়াম্না তানশিল্লম্মি মাগী মচা অদু মতম চাদনা শিখিরম্মি। শেল থুমগী অৱাংপা লৈত্রবসু সেঠ বচ্ছরাজনা মচা লৈতবগী অৱাবা ৱাখল অমদি মতম পূম্নমক্তা লৈরম্মি। বচ্ছরাজনা কনীরামগী মচা

পোকপগী পাও তারম্মি। নোংমা মহাত্মা কবীরামগী মচা মুপা অসিবু মচা ওইনা য়োকচগে হায়রম্বে।

কবীরামনা লৈরিবা মফম অসি ঈশিং য়াম্না তাওলম্মি। খুল অসি লৈকংলাগী লম ওইনা তৌরম্মি। মাইকৈ পূম্নমক্তা লৈত্তোইবা চীংগুম্না ৱাংনা পৈদুনা লৈরম্মি। খুলগী মী পূম্নমক ঈশিংগীদমক ৱানবা অসি কবীরামনা মপুক্লিংদা য়াম্না মুংঙাইরমদে। মাবা মাগী মুংশিরবা মচাবু নচ্ছরাজদা পীথোক্লগা মাগী খুল অসিদা গুহা অমা তোহনগে খল্লে। য়েংউ কয়াদা মপুকচেল চাউখ্রবা মুপানো। মহাত্মা মাগী খুলগী মাশিংগী অৱাবা কোক্লনবা হোৎনবদা মুংশীরবা মচাবু মীওোন্দা পীথোক্লে। অসিগুম্বা মপাগী মচানা করিগী মপুকচেল চাউবা মা ওইরোইদগে?

জমনালালনা লাইরবা মপা মগাগী য়ুম থাদোক্তুনা ঈনাক খুনবা অমগী য়ুমদা লাক্লে। ঈনাক খুনবগী য়াম্না কে-মৌনা লৈবা ইমুংনি করিগুম্বা মখল অমগী অৱাৎ অপা লৈরমদে। ঈনাক খুনবা কারবারগী ইমুংনি। ললোন্দুনা শেল তানবনা মখোয়গী মথৌনি। ইমুং অসিদা লেবা অঙাং অমনা লাইরিক য়াম্না তম্বগী কায়দে খল্লম্মি। মরম অসিনা পাবা ইবা অমসুং হিসাব গুম্বা ফাওবদং হৈহল্লগা লাইরিক তম্বা তোকহল্লে।

জমনালালনা লাইরিক য়াম্না তম্নিংলম্মি। মহাত্মা মরুম্না লম্নাই ওইনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা লাইরিক-লাইশু পারম্মি। মহাক বুদ্ধি লৌশিংসু য়াম্না ফরম্মি। মথন্নতা হোৎনজবগী মপাম্না হিন্দী গুজরাতী, মরাঠী অমসুং ইংলিস লোলশিং অসি নিংথিনা খঙ্গে।

জমনালালদি মবিংজেল যাম্না ফবা মীনি। মশাগী ইজ্জৎসু য়াম্না ঙাক্না চৎলম্মি। মহাক্না অরানববু খক খাঙবা ঙম্লমদে। মোংমো মাগী অয়োকপা মপা বচ্ছরাজনা য়াম্না চৈ থাংলম্মি। মাগী চৈ থাংবা অসিদা কা হেক্তিনবা য়া খরা য়াওখ্রে। মানা হায়রম্মি "নংনা ঐবু মুংশিবা নত্তে, নংনা মুংশিন্নবদি ঐগী ললবুনি।" মতম অসি জমনালালগী চহি তরাতরেৎ শুরে। য়া অসি মাগী থম্মোয়দা য়াম্না য়ূনা থোক্লম্মি।

জমনালাল শাউথিবনা য়ুম থাদোকতূনা চৎখ্রে। মানা চিঠি অমসু ইরম্মি। মানা চিঠি অসিদা ইরম্মি—"পাবুঙনা ঐঙোন্দা মরম চাংদনা শাউবিরে। পুম্নমক অসি পৈশাগীদমক্কি অমসুং ঐহাক্সু পৈসাগীদমক পাবুঙগী সেবা তৌরিবনি খনবিরি। ঐগী পুক্নিংদা পৈসাগী অপাম্বা কন্নিমত্তা লৈজদে। তুংদসু পৈসাগীদমক কেশ তৌরকনি খনবিরুগনু" জমনালালনা চিঠি অসি চুম্না ইরম্বা নত্তে আইনগী মতুংইন্না চিঠি অসি রেজিস্টার ক্লাওণ তৌরম্মি। মাগী অসিগুম্বা ওইজবা থাদোকপা, মশাগী ইজ্জৎ ঙাকপা, অকিবা লৈতবা অসি উবদা সেঠ বচ্ছরাজনা যাম্না ঙক্লম্মি। অওইবমকসু থৌদোক অসি উবদা ঙক্লিংঙাই ওইবা য়ানি। মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বা অসি মপা মমাদগী ফংজরক্লবা গুণ অমনি। মহাকপু শেলনা মীহৌহনবা ঙমক্কম থোক্তে। মমৈথংদা সেঠ বচ্ছরাজনা মহাকপু কৌরবা তাথি।

সেঠ বচ্ছরাজগী ইমুং অসি য়াম্না রাজভক্ত ওইরম্মি। বচ্ছ-রাজ অসি অনরেরী মেজিস্ট্রেটকী ফমথোল ফংলম্মি। মহাক্না শিরবা

তুংদা কম অসি জমনালালনা কংলম্মি। জমনালালদি দেশ ভক্তনি মরম অসিনা মহাক রাজভক্ত ওইবা ওয়মদে।

অমুকথক লোকমান্য তিলক্না জহাজ তোংলদুনা ইংলণ্ডদা চৎলম্মি। মতম অসিদা করিগুম্বা রাকম অমগীদমক অংগ্রেজ অফিসার অমগা উরবা চৎলম্মি। অসুম রারী শানরকপদা ওফিসার অমনা হায়রম্মি—"লোকমান্য তিলক্না তোংলিবা জহাজ অসি ঈশিংদা লুপখ্রবদি ফগনি।" রা অসি তাবদা জমনালাল শাউবনা মৈ হৌখ্রে। মাদুগী অকনবা রাহৈনা পাওখুম পীরম্মি। জমনালালদি দেশ ভক্তনি। মরম অসিনা মহাক্না দেশ ভক্ত ওইবা লোকমান্য তিলকপু য়াম্না নুংশীরম্মি।

নোংমা মহাত্মা গান্ধীজীনা লম কোয়রকপদা জমনালালগী মযুমদা থুংলম্মি। মসিগীদমক কমিশনাররনা আপত্তি তৌরম্মি। মসিদসু জমনালালনা অকনবা পাওখুম পীরম্মি। মমৈথংদা রাকম অসি য়াম্না চাউখৎলক্লে। থোদোক অসিদগী মানা রায়বহাদুরগী ফমথোল অদু থাদোকখি। মানা নৈবাকী সেবা তৌবদা পুক্লিং লুপখ্রে থাঙ্গৈশেংবমক ভারত মাতাগী সেবাদা মাগী পুক্নিং কথোকখ্রে।

কীগন্দবা অমসুং মরিংজেল ফবগীদমকসু জমনালাল ফাওই। অমুকথক জয়পুর ষ্টেটকী দরবারদা ইলেকসন তৌরম্মি। দরবার অসিদা নিয়ম অমা চৎনরম্মি। মসিগী মতুংইন্না দরবারদা লাকপা মীশিংনা সাহেব মচাশিংগী ফিজেৎ শেৎপা তারমই। মরম অসিনা জমনালালসু খোংগ্রাও অচোনবা শেৎপা তারমই। মহাকপি

খোংগ্রাও শেংপা পামলমদে। মাগী অচম্বা ভারত মচাগা ওইবা ফিজেৎ অদুতা মানা য়াম্না পামজরম্মি। মহাক দম্নবার কাখিব্রে। মানা চিঠি অম্বা ইদুনা পীরম্মি। ঐদি খোংগ্রাও শেজ্রে, শেংপমু পামদে।

জয়পুর নিংথৌনা মাবু যামনা ধমকা তৌদুনা কীহন্নবা হোৎনখি। জমনালালদি কীবিবা মীতা ওইরমদে। মমৈথংদা নিংথৌনা মাগী ৱাফম অদু য়াবা তাখি।

নোংমা জমনালালনা রেলদা তোংদুনা চৎলমই। মাগী মখুত্তা সেকেণ্ড ক্লাসকী টীকেট য়াওরম্মি। মানা তোংগদবা রেলগী ডাবা অদু কোইথি থিরমই। মানা তোংগদবা ডাবা অদুদা মিলিটরী ওফিসার অহুমখক তোংলমই। মখোয়না তোংলিবা ডাবা অদুদা অতোপ্পা মী অমত্তা চংহল্লমদে। মতম অদুদা অংগ্রেজ ওফিসারশিংগা মাইযোক্নবা অৱায়বা থবক নত্তে। অতৈ অতোপ্পা ভারত মচাশিংনা মপান্দা লেপ্লদুনা হায়জরম্মি জমনালালনা মফম অদু য়োরকপগা ডাবা মন্নুংদা কাখৎখ্রে। ওফিসারশিং অদুনা মাবু থিংবা হোৎনরম্মি তৌইগুম্বসুং মহাক্তি থিংবা য়াবা মীতা ওইরমদে। মখোয়গা লোয়ননা নিঙাই শাণ্ডানরম্মি। জমনালালনা ষ্টেশনমাষ্টরদা ৱাকৎখি।

ষ্টেশন মাষ্টরনা লাক্নুনা য়েংলবদদি মিলিটরী ওফিসারশিং অসিগী মখুত্তা থার্ড ক্লাসকী টিকেট য়াওরম্লে। ওফিসারশিং অসি গোপা ভাক্তনি। ষ্টেশন মাষ্টরনা মখোয়বু সেকেণ্ড ক্লাসকী ডাবাদগী

জুমথহনখ্রে—গোরা ওকিসারশিং অসিনা ঈকাইথাংদগী খৎনবা তৌদুনা হায়রম্মি "গাড়ীদা থাখিসনু নং খভগদবনি।"

জমনালালদি মরিংজেল মথোনা লৈবা মীনি। মহাক করিগুম্বা মথল অমগী অকিবা লৈরমদে। মহাক্না গোরাশিং অদুবু তাহনা মাগী মনাইদা হায়রম্মী—অচোবা চৈতুপ অমা পুরকউ। খুদক্তু অদুমক্তদা মীনাই অদুনা অচোবা চৈতুপ অমা পুরক্লুনা মনাক্তা থম্লে। চৈতুপ অদু উবদা গোরাশিং অদু চেনখ্রে। জমনালালনা মখোয় লাকপ্রা চাযদুনা শেম-শাদুনা ভাইদুনা লৈরম্মি। মখোয় অমুক ডাবা অদুগী মাইকৈদ, ফাওবা যেংলকখিদ্রে।

নোংমা জমনালাল সাইকল রেস অমদা য়াওরম্মি। মী পুম্নমক্না মহাকপু য়াওদনবা থাম্লম্মি। মহাকনা ভমদুনা নমদুনা য়াওখ্রে। ভাইগাক্তি অফাও অফাওবা সাইকল থৌবশিংদগী য়াম্না মাং থানা থৌরম্মি। লাইগী নোংদমদগী মোটর গাড়ী অমা থৈনবদা মহাক য়াম্না থীনা তুরে শোকপসু য়াম্না থীনা শোক্লে। মাগী অনাবা অদু গৌওইদনা কয়িস্ত তৌদে হায়দুনা হোৌগৎখ্রে। য়ুম যৌরগা হিদাক-লাংথক তৌরে। নোংমা নিনি ফাওবা অনাবা ফক্লে। মমৈথংদা সার্জন কৌদুনা যেংহল্লে। সার্জননা হায়রম্মি "অনাবা অসি মমুংদা নুং চংখ্রে। ওপরেশন তৌদ্রবদি ফবা ওম্রোই। ওপরেশন তৌবা মতমদা শীথহনবা তাই।"

জমনালালনা ডাক্তরদ হংলম্মি—"ডাক্তর সাহেব, ওপরেশন তৌবা মতমদা শীথহনবগী করি কান্নগদগে?" ডাক্তরন খুমলম্মি—শীথহদ্রবদি য়াম্না নাবা ফাওগনি। হোরেন থাওবা ভমদদুনা

করিগুম্বা মরক্তা পলহনবা থোক্লবদি যাম্না অকায়বা ওইনা জমনালালনা শীথহনবা অসি পামদ্রে। মানা হায়রম্মি শীথহনবা থোইনা কান্নবিভাই লৈতে। ঐহাক অদুম খঙবা ভমগা ডাক্তরনদি বাফম অসি যানিংলমদে।

মমৈথংদা যাম্না কুইনা নৈনরবা তুংদা অসুম্না লেপনরে শীথহন্নবা হীদাক অসি মথোযগী মনাক্তা থম্লগা ওপরেশন তৌরগা করিগুম্বা কান্নগদবা লৈরবদি খুদক অদুমক্তদা শীথহনসি। মদু অসুম্না ওপরেশন তৌবা হৌরে। তৌরিবা থবক অসি অরাং ওইরমদে। উনশা শনুংদা চংখ্রবা নুং অদু ওরাই তরাইনা লৌথোক য়াবা নত্তে। ওপরেশন তৌবা লোইরে, শীথহন্নবা হিদাক পু শিজিন্নদ্রে। জমনালালনা অযো হাযবা ফাওবা হায়রমদে।

য়েংউ ঐখোযগী ভারত মাতাগী অথোইবা মচা অসি কয়া মরিংজেল ফঙ্গ্রব। মগী অসুক য়াম্না নাবা অসি তুমিন্না লেং ফাও লেঙদনা খাঙলম্মি। সার্জন অসিনা হায়রম্মি ঐনা ঐ পুন্সিদা অসুক যাম্না মরিংজেল ফবা মী থক উখিদ্রে।

অঙাংশা। নখোযসু ঐখোযগী লৈবাক্তা লুচিংবা জমনালালগ নরিংজেল নথোনা লৈয়ু। অরাবা খাঙবা কীগনু। মহাক্কুমা নরৈবাক অমসুং নজাতিবু নুংশিবা তম্মু। অদু ওইরবদি নখোয় শোয়দনা মতিক চাবা মী অমা ওইবা ভমগনি।

---

লেখকী কোওলবা লাইরিকশিং

মণিপুরী :—

*১। অহিং-লিক্লা ( মৈয়েং )
২ লুচিংবশিংগী মহা ওইরিঙৈ।
৩। খোংজোম তীর্থ।

হিন্দী :—

১। সরল হিন্দী ব্যাকরণ—ভাগ ১
২। সরল হিন্দী ব্যাকরণ—ভাগ ২

---